# মিংয়েং অমতং





ইজবা
শ্রীলৈতান্থেম রাম সিংহ
থৌবাল।

# মিংয়েং অমতং



ইজবা
শ্রীলৈতান্থেম রাম সিংহ
হেড পণ্ডিত
থৌবাল গার্লস এল, পি, স্কুল,
থৌবাল, মণিপুর ।

অহানবা ফোঙবা
ফাইরেল পূর্ণিমা, শগোলশেল নুমিৎ
তাং ২৭ । ২ । ৬৪ ইং ।
কোপী ১০০০

নম্ফম :—
দি সেভেন ইউনিয়ন প্রেস,
পাউনা রোড, ইম্ফাল ।

মমল লুপ ১'৬০

## নাহারোল পূম্নমক্তা

—:▭:—

লান্থোকচরি ঙসি মিৎয়েং তাবিনবা,
থেল্লবা রাখলগী "মিৎয়েং অমতং"
ইরৈবাক ইজাতীগী য়াইফনবা খনবীরিবা,
ঐখোইগী নুংশিজরবা নাহারোল পূম্নমক্তা।

ঙাকপীয়ু অরাল অচুই য়াওরম্বা,
পীনববিয়ু থৌজাল ওইবা পাউত্তাক।

ময়ামগী
শ্রীএল, রাম সিংহ
তাং ৩১।৫।৬২ ইং

---

# ৱাহৌদোক

ঙসি "মিৎয়েং অমতং" হায়বা লাইরিক মচা অসিদা ইজরিবা পূন্নমকসি তশেংবদি, পৃথিবীগী অনিশুবা লাল্লাও (সেকেণ্ড ৱার্লড ৱার) গী মনুং মতম ১৯৪২-৪৩ ইংগী অহুৱাইদা, ৱাখলগী মঙলাল ওইনা থোকখিবা থৌদোক্কী ৱারী অমনি। হায়রিবা ৱাখল মঙলানগী থৌদোক ৱারী অসি, মতম কুইনগী তুংদা ১৯৬২ ইংগী মে থাদা অমুক ইনৌনৌনা নিংশিং ঈপাস লাংঙ্ মতাং চারে মতাগুম, মরু ওইনা চীং অমস্তুং তমগী ওইবা শাবী-শানৌ অনিগী শক্তমদা, মিৎয়েং অমতংগী ওইনা পূরিংদা য়াম্না নুংশি-নুংওন্না য়াকায়রকখি। মতমহুদা মিক্তগী পি তাখিবা খঙহৌদে। মহুদগী নৌহৌনবা ৱাখল অমরোমদা, মসি য়ারবদি মপুগী তাইবংপানসিদা, ইরৈবাক অমস্তুং ইজাতীগী অহল-লম্মন অমদি নুপী-অঙাং ফাওবনা, নুমিৎ-থানা পাল্লিমখে অহুম ৱারী-ৱাখোঙনিংঙাইহুম ওইহনবা তারব্রা খঙ্গহুনা, হেক্তা মতমগী থবক, থৌদোক খরদা চূনগদবা য়েংলগা চুম্না ইচম চম্না ইথোকচখিবনি।

মতৌ অস্নুম্না ইথোকচখিবা, "মিৎয়েং অমতং" হায়বা লাইরিক মচা অসিগী মনুংদা চেল্লীবা ঈচেল অসিবু করি করম্বা মওংদা থাক্ কদাই তান্না অমদি মায়কৈ কদোম পাংনা চেল্লীবনো হায়বহু অমুক্তং নুংশিবিহুনা, মরুপ-মপাংশিংনা কোপী অমমমদং লৈবীরগা মিৎয়েং তাবিরবদি, ইজরুবগী খরদং কান্নবা মঙাল উরে হায়না কাউঙমদনা খঙ্গগনি।

অইবা—

**শ্রীএল, ৱাম সিংহ**

তাং ৩১। ৫। ৬২ ইং

থৌবাল গার্লস এল, পি, স্কুলগী হেড পণ্ডিত শ্রীলৈতাংথেম রাম সিংহনা ইবা "মিৎয়েং অমতং" হায়বা লাইরিক মচা অসি পাজরে। লাইরিক অসিদা ঙসিগী মণিপুরগী সমাজদা চেন্নকলিবা ইচেলগী মরমদা পুকনিং লুপ্তুনা মানা পাম্বা লম্বী ময়ামদা উৎলি। উৎলিবা লম্বী অসি মতমগা চানরবা ঐখোই পুন্নমক অমতা ওই-হন্নবগী মরু ওইবা লম্বিনি হায়না থাজে। শ্রীরাম সিংনা মাইকৈ অসোমদা হেন্না ফজবা মওংদা ইরকখিগনি অমসুং নৈনরকখিগনি হায়না ঐনা আশা তৌজে।

শ্রীতৌরাংবম ইবোতোম্বীসিং
সেকেণ্ড ক্লাস এম, এ, বি, টি,
ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস ( রেষ্ট )
গোবর্ণমেণ্ট ওফ মণিপুর।
তাং ৪। ১২। ৬৩ ইং।

# ৱাহৈ 'মতং

থম্মোয় শেংনা নাহাবোল লক্তা পূকচেল চাউবীরবা, থৌবাল কোলেজগী ভাইস প্রিন্সিপাল, শ্রীযুক্ত নোংথোনবম শামু সিংহ, এম.এ.সি, সেকেণ্ড ক্লাস (ষ্টেটিসটিক্স) না ঐগী ১৯৬২ ইংগী মে থাদা মঙলালগুম, নোংহৌনবকপা পূন্নিংগী রাখল খবদগী চুম্না ইচম চম্না ইর্জাখিব "মিৎয়েং অমত" তায়বা লাইরিক মচা অসিগী অহানবা ছাপা তৌবদা চঙবা পৈশা, মখৈ পুথোকপীরগা ফাঙদোকপীবা অসিগীদমক থাগৎলি, থাইদোক্লি। ঐগী পুন্সিদা যাম্না নুংঙাইজবগী ওমখৈ লৈতবগা লোয়নন তৌবমল খঙবা ঊচ্চশ

শ্রীএল, রাম সিংহ

তা. ২৭।২।৬৭ ই।

# মিংয়েং অমতং

——:(০):——

## পন্দুপ অহানবা

পল্লেন চীংখোঙদগী নোংমা চাওথোইনা য়াম্না থেক্লা কোইনা চেম্থবক্লিবা সেকমাই তুরেলগী তোরৈ মতুং ইন্না চীংলক্কী লম্বী মচা অমদা আইমোন খুল্লেন হাওখুল ফাওদোক্লুনা মখোঙনা চাওরাক্লা মাইল মরি মঙারোম চৎলগা "সাইদে চীংখোঙ" ফংখিরম্মী। "সাইদে চীংখোঙ" হায়বসি "সাইবোম চীংজাও"গী মমিংদগী থোনখিবনি। অতুদগী চাওথোই সাইবোম চীংজাও কাখৎপা হৌখিরম্মী।

হায়রিবা সাইবোম চীংজাও অসি, পল্লেন খুনগী নোংপোক চীংখৈ মায়োক্লরিবা, লোইবী চীংলোন মাপনগী লোইরোই হাই-খরকপা য়াম্না য়াং-চাউখ্রবা, চীংহ্না নাপোম অমনি। নাপোম অসিগী নাকল ওইবা চীংমায়ুমদগী হৌনা অতুম মথং মথং চীংমী খোংজাই জাতীশিংনা খুন্বাখ্রে। হায়রিবা খুলশিং অসি তাম্না চাওথোই চৎকদৌরিবনি।

থোইদোক্না মসিদা অরাবদি, চাওথোইগী মপুন্সিদা অরাংবা অওম্বা, লোইবী চীংজাও কাবসি, হন্দক্কী খোংচৎ অসিনা অহানবনি। মতম অদু অয়ুক্কী চাক-ঈশিং চান-থক্লবগী মতম ওইরম্মী। মপোকডৈগী অমুক্তা চথোক্তনা চৎলকপা ওইবনা চাওথোই মছা য়াম্না রাররক্লে, মফৈ তানা চোকথরে, হুমাং তুখোঙ চেল্লক্লে, মখোঙ থাংবা ঙম্লক্লে। অদুম্নদি ওইরগা, চাওথোই নিপা মচা অমা ওইবগী লৈজবা মথৌনা মরিংজেলদু পুথোকতুনা শম্না মফৈ অমা ফাওবা নিঙহম্নবা তৌখিদে। রারবস্থু চৎকনি হায়না লাক্লগা হৌজিকপু করম্না লোইবী সাইবোম চীংমায়দা তারিবা খুলশিং অসিবু য়োরোইদগে হায়বসি খনখিরম্মী।

খল্লিবা রাখল অসিনা চাওথোই, মথৌনাগী উয়রবা লমজিং চৈশু অমা ওইদুনা য়াম্না ঙম্ন ঙম্নবা অরাংবা চীংমায় নাপোমগী খুদোং থীরবা খুর-খুরবা চীংচেপকী লম্বীদা লোইরোই অসুম অসুম লেপ্তুনা ঙম্বমখৈ চৎলক্লি। মরক মরক্তা অরাম খৌরাং-বগী অরা মৈচাক খরা খজিক কোরুনবা হায়দুনা লোক্তগী চেম্থরকপা ঈশিং, চীংজুম খুজোক অমমম অনিদং থক্লগা ঙাইহাক ঙাইহাক্কী মতমদং পোথাজরম্মী। অদুগা মতমদুদা লোইবী চীংজাও ওইখিবনা অমদি কনা উরকত্রবনা চাওথোইগী মপুক্লিংদা চীক্না পুক্লিং নুংশিরকপা অমসুং অকী অখংগী তুজুং-মাঞ্জুংবা ঈপোমস্থু হৌরম্মী।

মতাং অসিদা চাওথোই, করিগীদমক লোইবী সাইবোম চীংমায়দা তারিবা খোংজাই খুলশিংহু তান্না অস্নুক রানা চৎ-বনো হায়গনি। মহাক অসি, গোবর্ণমেণ্টকী অফিসার অমনি। ভারত সরকারনা তঙ্খবা চহি ৫ গী থৌরাংদা (থার্ড ফাইভ য়ার প্লান্দা) নৌনা হাংদোকপীরিবা তেংনৌপল ডিভেলপমেণ্ট ব্লোক্কী ঈ, ও, এগ্রিকলচর (এক্সটেন্সন ওফিসার, এগ্রিকলচর) নি। মসিদা লোইবী সাইবোম চীংশাংসিস্থ তেংনৌপল ব্লোক্কী সার্কল্লি। মরম অহুনা চাওথোইনা ওফিসার অমা ওইবগী মথৌহু পাঙথোক্নবা হায়হুনা টুর প্রোগ্রামগী মতুংইন্না চৎলিবনি।

অহুদগী চাওথোই, য়াম্না রানা রানা খরা খরা অমুক চৎলগা লোইবী সাইবোম চীংমায়দা তারিবা খোংজাই খুলগী খা-নোংচুপ থংবা অৱাংবা চীংমায় নাপোমগী নিংথিরবা হৈকোল, লৈকোলনা তাইবং পূক্লিংবু শুমহৎনবগী মশক ওইনা ফজনা লৈতেংলবা অঙম্বা পাম্লৌ চীংমায় অহু হেক উরক্লে। মতম-হুদা অমুক্কা রারকপদি, মমাংদা চাউরবা, লুরবা নাপোম লোক্লম অমনা লোইবী সাইবোমগী চীংমায় পাম্লৌ অহু শাংনা কৈগাক কৈনা, তুবৎ হেক থৎখিরম্মী। হায়রিবা নাপোম লোক্লম অসি, নিংথি তুরেল তাখিবা সিবোং লোকচাওগী লোকছা অমনি, অস্নুম্না হায়নৈ। তাঙ্গা অসিদা চাওথোই, অৱাবগী পন্দোল লোয়্রক্লহুনা হায়রকই:— ওহোকপনি!

ইনক নক্লা তামথয়ে
ইঙাল ঙাল্লা লাপথরে
অরাংবা চীংমায় পাম্লৌসে,
নাপোম লোক্লম লৈরম্বনা
লোইবী চীংলোন মাপনগী।
কদাইদা লাল্লগা য়ৌগনি
খণ্ডদরে চৎকম লম্বীস্তু
উদরে শাবা খোংস্তু
রাবনস্তু হায়নিংঙাই লৈত্রে
শোঙলবা লোইবী চীংনুংসিদা
নুংশাগী মৈশাস্তু কল্লক্লে
রারেদা ঐদি কমদৌনি।

## অত্থুগা

তাক্লকই ঐঙোন্দা কংগনি হায়নস্তু
সাইবোম চীংশাংগী তারিবা খোংজাই খুল,
লাম্থোক্লগা অরাংবা চীংমায় পাম্লৌসে।
কবম য়ৌগনি চোকথত্রে পাঙ্গলস্তু
উখিদ্রে কনাস্তু চীংবুরোয় তন্থুয়োই,
পীনবিবু নিজরি মপুগী থৌজাল।

মতম অসিদা চাওথোইনা অরাংবা লোইবী লাইবোম চীং-জাওগী ভমথ্রবা চীংমায় নাপোম পান্নৌদগী অঙৈবা নুপীগী খোঞ্জেল ওইনা। "হয়াহৈ হোই য়াল্লো--" হায়না লাউদুনা। পাম য়ানবগী নুংশিরব। ললাউখোল অমা মপুক্লিংদা তুজুংনা হেক তারকখিরম্মী। অদুগা হৈকোল, লৈকোলগী নুংশিরবা হৈনম লৈনমস্তু লিরি মালংবনা তাঞ্জাদুদা তপ্না তপ্না হমথরক্লম্মী। অদুদগী চাওথোইনা হন্না পান্নৌ চীংমায়দা হেক য়েংখৎখিবদা ইথ। থাজদনা মশক মতৌ য়াম্না ফজরবী; কোলোয় মি লৌন্দি "হাওবী চানুরা" হায়না কৌবী খোংজাই নুপী লৈশাবী অমখক্লা হাওসম অমা য়ানশিল্লগা মখুত্তা য়োৎপাক মচা অমা পাখরদুনা। হৈকোন, লৈকোল মরক্তা হৈখোঙ লৈখোঙ শোম্বগী মওংগুম পান্নৌ য়ানবা ওইনা শেংনা নিংথিনা উরক্লে। খুদক অদুদা চাওথোইগী মপুক্লিংদা হাওবী চানুরাবু "পান্নৌ লাঈরেম্বীরা" হায়না চিংনবা রাখল কয়ামুক পোকখিরম্মী। মতমদুদা করম্না মপুক্লিংদা চিংনরিবা রাখলদু কোক্কদগে খল্লদুনা মখাগী রাহৈ খরসিনা রাহং চাং য়েংলকই।

ভসি' কোয়ৌ নোংলেন্দা
রাংথ্রবা চীংমায় নাপোমদা
শারবা কালেন' নুংশাদা
খুৎলং নপাং য়াওদনা
"হয়াহৈ হোই" লাউদুনা
লোইবী পাম্বু য়ানবদি,
"পান্নৌ লাইরেম্বী" হায়দুরা
চেংলৌ হেনবী নহাকপু?
অওইবা পাওখুম পীবিয়ু।

চাওখোইগী য়েংলকইবা চাংয়েং রাহৈশিং অসি তাবদা লোইবী পাম য়াল্লিবী, হাওবী চানুরানা অমুক মখাগী রাহৈ খরসিনা অওক পাউখুম ওইনা তপ্পা অসুম্না হায়রকই :—

ঙন্নবা সিবোং লোকপান্দা
নক্বা তাম্না লেপ্লগা
নচন হাওবীদা রাহংলিবা
হো তম্বা-নংবু কনানো ?
উবদা পায়মতুম খোয়রাংই,
লমদম কৈদগী লাকপনো
ফিগৈ শেংনা তাকপীয়ু,
নুংশি' কাইহৌববু ওইবরা ?
পাম্নৌ লাইরেম্বী নচ্চদে।

অসুম্না হাওবী চানুরাগী পীরক্লিবা পাউখুম রাহৈশিং অসি তাবদা চাওখোই, মপূক্লিংদা চিংনরম্বহু খরা খজিক কোকখিরম্মী। অতুগা মখাগী রাহৈ রারোল খরসি অমুক শমথরকই :—

ননাৎ শিম্থা কনমল্লি
অরা পন্দোল লোমগনি
পুন্সি নুংশাং রাৎকনি
ঙাইহাক রাংলেন পোথাবিখো
মালং হকচীক লাংবিখো
রারীনখিসি ইচল হাওবী ও!
লম্মাংনরবা মৈতৈ নবুংনি।

রাহৈ খরসি অমুক তাবদা হাওবী চানুরাস্থু মপূক্লিং য়াম্না নুংশি-নুংওম্না অমুম্না মখা মথং শমথরকই :—

হাওবী নাক্তা য়ৌবিরকউ
পিবুক শেংনা রারীনসি
চিংন রাখল থাদোকপিয়ু
য়াংদৌ লম্বী তাকচগে
সাইবোম নিংথোগী মমোম্নি।
তাউজিং হৈরাং চাবিরো
পাম্লৌ লৈরাং চিনবিরো।

রাহৈ খরসি হায়রগা হাওবী চানুরানা মখুৎ খুদোম্বী থিন্দুনা চাওথোইদা য়াংদৌ লম্বী তাকপীখি। মতুদা চাওথোই মপূক্লিং য়াম্না হরাওনা তাকপীখিবা য়াংদৌ লম্বীদু য়েংলগা অতুম চৎখিদুনা হাওবী চানুরাগী মনাক্তা রাংলেন পুংখামুক্তী মনুংদা য়ৌখিরম্মী। মতম অতুদা হাওবী চানুরানা চাওথোইবু য়াম্না নুংশি-নুংঙ্গবগী মওংদা খজিক মায়থোং ইকাইনা অমুম্না হংজরকই :— "অ ইবুংবু মৈতৈ অশেংবরা? হায়বীয়ু নচন হাওবীদা। অদুগা কোলোই মিংলেনস্থু করি কৌবগে তাকপীয়ু।" মসিদা তম্বা চাওথোইস্থু মপূক্লিং হরাও নুংশিনা চুম্না শেংনা খুম্নকই :—"অহোই মাম্বি ইচন হাওবী, নবুং তশেংবা মৈতৈ অমনি। ইমিং—চাওথোই কৌই।"

মুমিৎ অসিদা মপুগী নোংদমখোম্না হাওবী চানুরা অমদি অম্বা চাওথোই অনিগী নৌনা মথোক কানরক্লিবা মপুন্সিদা·

মিথয়েং কারন চোইনহন্দনা অপাম-নুংশিগী কল্লবা ঈথক ঈপোমগী অচৌবা ঈচেল ঈনোৎ অমতং খঙহাপ হেক হাল্লীখিরম্মী। মাহুগী মতুং ইন্না খোইযুম বিদ্দীগী থৌজালসু কায়দনা অহুম্মক ফংহন-বিখিবম্মী।

অহুদগী হাওবী চানুবানা "অহুদি মৈতৈ ইবুং! অসুক রাং চাওথ্রবা, ঙমথ্রবা লোইবী সাইবোম চীংজাও অসিদদি ননাৎসু চঈদনা করি থম্লক্কী অসুক রানা লাকপীবনো? নচন হাওবীদা করম্বা রারম হায়বীনি বগে? ইবুংগী পুক্নিং থুদা অথুপ্পা কবিমতা থম্বীদনা নচন্দা শেংমা হেক্তা হায়দোকপীযু।" হায়না নুংশি নুংওন্না য়াম্না ইকাই খুম্নমা হাযজবকই। মহুদা তম্বা চাওথোইনা "উম ইচন হাওবী! নবুংনা চুম্না অশেংবা রাফমতা হায়জগনি। করিগুম্বা লৌথুপ লৌকোইগী রাখল অমতা লৈজরোই। মৈতৈ নবুং এসে গোবর্ণমেন্টকী ওফিসার অমনি। ভেংনৌপল ব্লোকী ঈ, ও এগ্রিকলচরনি। অহুগা ইচন হাওবীখোইগী লোইবী সাইবোম চীংজাও অসিসু হায়রিবা ভেংনৌপল ব্লোক অসিগী সার্কল এরিয়া ওইবনা, মসিদা ইথৌ থবক খবদং পাঙথোকপা ঙমত্রা য়েংগে খন্দুনা টুব প্রোগ্রাম পরেংমা শেম্লগা প্রোগ্রামগী মতুংইন্না লমদম অসিদা নবুং লাকচবনি।" অসুম হায়না খুমখি। মহুদা হাওবী চানুরাসু মপুক্নিং হবাও নুংশিনা "ও অহু ওইরবদি ইবু! য়াম্না নুংঙাইজবে। শেম্বীবক্লিবা টুব প্রোগ্রামগী মতুংইন্না থবক নিংথিনা পাঙথোকপা ঙম্নবা থরায় য়াওনা হোৎনবিযু।" হায়না হায়জরকখি। অহুগা তম্বা চাওথোইসু মতাংহুদা হবাও

তয়াম্না "অহোই ফনি ইচন, হোৎনজগে খন্দুনা লাকচরিবনি। অদুবু অরাবদি, মতম অসিদা মৈতৈ নবুংনা অহানবদা ইচন হাওবীখোইগী লোইবী সাইবোম চীংজাওগী লমদম অসিদা করম করম্বা মীশকপু উনদুনা, মরুপ মপাং ওইনা খঙন চান্নরগা মখোইগী মতেং খরদং লৌজদুনা হায়রিবা প্রোগ্রামগী থবক ইথৌ খরসিবু নিংখিনা অমুক্তং পাঙথোকচবা ঙমগদগে হায়বা রাখল অসিতনি ইচন! অদুগা চীংদা কয়ামুক অরাবা খুদোং থীনিংঙাই ওইবগে হায়বদুসু করিমতা খঙজদ্রি। মৈতৈ নবুংগী পুন্সিদা, হন্দক্তা গোবর্ণমেণ্টকী থৌদা ঈ, ও এগ্রিকলচর অমা ওইদুনা ইচন হাওবীখোইগী লোইবী সাইবোম চীংজাওগী লমদম অসিদা ল্যাকচরিবা অসিনা মহাল্লে। মসি নবুংদদি য়াম্না নৌনা থোকখ্রে ইচন!" হায়না খুম্নকই।

তম্বা চাওথোইগী মরাহৈ খরসি তাবদা হাওবী চানুরানা হায়রকই :— "উম্ মতুগীদমক্তা ওইরবদি, মৈতৈ ইবুং! করিমতা থোইনা পুক্লিংদা চিংনবগী রাখল লৈবিগন্নু। নচন হাওবী চানুরা ঐসে থাঙ্গেশেংবা লোইবী সাইবোম চীংজাওগী খোংজাই নিংথৌ চোহাংগী মমোম নুংশি "হাওবী চানুরা" হায়বীদুনি। মতম্নসিদা মৈতৈ ইবুংগীদমক নচন হাওবী চানুরা লৈজরে। শেমগৎ-শাগৎপগী থবক থৌরম্ব পুম্নমক্তা মৈতৈ ইবুংগী নতেং ওইনা নচন হাওবী চানুরাসু অরাবা শরুক কয়ামরুম য়াগনি। খোইদোক্লা অসিগুম্বা হীরম খুদিংমক্তা থৌদাং লৌজবস্রি নচম্না হান্নদগী য়ান্নসু পাম্নৈজে। অদুনা হেক ঙম্নমথৈ তেংবাংজগনি। হৌজিকমকসু নচন হাওবী

চানুবাদি লোইবী সাইবোম চীংশাগী গার্লস এল, পি স্কুল অমগী হেড মিষ্ট্রেস অমা ওইনস্ত্র লৈজবিবনি।"

মসিস্থু শেমগৎ শাগৎপগী লম্বীদা নোম্বা কনবগী মপান্না ওইবক্লিবনি। অদুগা কবিগুম্বদা মৈতৈ ইবুংগী থোইদোক্লা অবাবা অমদি খুদোংথীবা তাবক্লবদস্থ নচন হাওবী চানুবানা শোযদনা মাযবোং যাদুনা লেপচগনি। মৈতৈ ইবুংগী পুক্রিংদা কবিমতা চিংনবা অমস্থং অবাবা, অশীব লৈবিগন্থ। অহানবদা গুসিদগী হৌনা নচন হাওবী চানুবাগী নীনা শকখঙ-মাযখঙনবা হাযবদু ওইবে। অদুনা ঙসিদি, মৈতৈ ইবুং। ইপা খোংজাই নিংথৌ চোহাংগী লোইবী পাম্লৈ চীমায থক্লা পাল্লম্বা হৈজিং কাববা অমুনবা কাউজিং তৈবাং খবদ পুক্রিং শানা চাবিবগা ঙাইহাক রাংলেন্দং অবা পোথাবিখো, হাযনা হাওগী চানুবানা পাম্লৈ শঙদগী ফজনা ঙংনা মুল্লবা ককোই অনি অন্তমগা নিংথিনা মমুল কানা মুল্লবা থৈবোং মচা অমগা লৌথোক্লবগা "মৈতৈ ইবুংগী তবাগী চক্ষম খজিক ওইনবা চাবিযু।" হাযনা তবাম তবাম নুংশিনা পীবম্মী। মদুদা চাওথোইস্থ "ফগনি ইচন হাওবী চানুবা। যাম্না নুংঙাইজবে। মৈতৈ নবুংগী লাইবক কবনি। চোকথববা পাঙ্গল অসি হঙ্গৎনবা হাউনা ইথরায তানা পেন্না চাজবগে।" হাযনা হাওবী চানুবাগী মখুত্তগী ককোই অমস্থ থৈবো লৌদুনা হবাও হরাওনা চাখি। অদুগা হাযবকই: "নুংশিরবী ইচন হাওবী! ঙসিদি, মৈতৈ নবুংগী থোইদোক্লা অবাবা অমদি নুংঙাইবা অনৌবা মুমিৎ অমনি। ইচল হাওবীনা লোইবী সাইবোম চীংশাং অসিগী

শেমগৎ-শাগৎপগী থবক্তা য়াম্না থরায় হকচাং য়াওনা কিমেল ফাওবা নিংথিনা ইড়ুকেসন পীনবা স্কুল লিংখত্তুনা তোৎনবিরম্বসিদা হায়নিংঙাই লৈতনা থাগচ্চনিংই। ঙসি, মৈতৈ নবু'না লমদম অসিগী ওইহন্নিংবা হীরম কয়ামরুমগী শেমগে-শাগে খঞ্জরিবা প্লান স্কিম পূম্নমক্তা ইচন হাওবী চানুরানা শোযদনা তেংবাংগী লমজিং শরুক লৌবিগনি থাজে। অদুনা যাম্না নুংঙাইজরে, ইচন হাওবী চানুবা ! নুংঙাই য়াইফনা পানবা পুন্সি, মপুগী থৌজাল পীনবিবা ওইসনুকো।"

মতম অসিদা হাওবী চানুবাগা লাকমিন্নবী "চোইনাং হাওবী" কৌবী মমান্নবী, ওঝাসু ওইমিন্নবিবী অমদি পান্নৌ শঙদা, খুৎলং পাময়ানবদা হৈথা লৈথানবা মখল মখলগী ওইবা হৈবাং লৈবাং ময়াম অমা ফজ-ফজনা নিংথিনা শেম-শাত্তুনা লৈরি। অদুগা চথখিবা থৌদোক্কী মরমদা হৌরকপদগী হৌনা হাওবী চানুরা অমম্বুং চাওথোই অনিনা ঙাংনে-শরুখিবা রারী-রাতাই পূম্নমকসু অঙকপা লাংওন অমা ওইনা মরক মবক্তা লোন্না লোন্না অদুম য়েংলি অমম্বুং তারি। মখোই অনিগী মওং মতৌদুদা চোইনাং হাওবীসু মপুক্লিংদা, খঙহৌদনা হাওবী চানুবা অমম্বুং চাওথোই নুংশিনবনা হান্দোকখরে, শকখঙনবনা কোল্লরে হায়না নুংশি নুংওনবা অমদি হরাও-নুংঙাইবগী ঙমখৈ লৈতবা ওইজরি। অদুদগী মমৈথংদা, খোইযুম ইবুংঙো মানা লেপ্পমক অপাম নুংশিগী খুদোল পীনবিদুনা চীং-তম চারৌ মৌরৌনবা হায়বদু ওইহনবিযুকো হায়না খোইরুম লাইগী থৌজাল নিজখিরম্মী।

অদুদগী মতমদুদা, হাওবী চানুরানা য়াম্না ইকাই নুংশিজবা হায়বদুনা লৈতেং ওইরদুনা অস্মু হায়রকই :— "অ নুংশিজরবা মৈতৈ ইবুং! ঙসিদি, তোল্লবী নচন হাওবী চানুরাবু লোইবী সাইবোম চীংমায়থক্কী পাম্লোদা ঙাম্না নঙংলাক্তি কুপায়না মতম চানা শাচ্চরম্লবী শীঙেল লৈরাং অমগা প্রমাণ ওইবিয়ু, অদুগা মৈতৈ ইবুংগী থুপ্পবা থম্মোয়গী নাপ্পদা পুন্সিগী অরোইবা নুংশি-নুংওম্নবগী শীঙেল লৈপুল লৈরাংনি নিঙবিরগা হরাও হরাওনা ঙসিদগী হৌনা চিনবিরবনি হায়না খনবিরবদি, থোইদোক্না তোল্লবী নচন হাওবী চানুরানা খোইয়ুম মাগী নুংশি থৌজালদু পীনবিরে লৌজগনি। মসিদা মৈতৈ ইবুংগী কার অকায়বা ওইবগে? লাইবক থীরবী তোল্লবী নচন হাওবী চানুরাদা অমুক্তা তাকপীয়ু। অরেম্বদা, খাংমু থক্কী শীঙেল লৈরাংনা ঙন্তা লৈমন চন্দুনা কেমখিবগুম তোল্লবী নচন হাওবী চানুরাবু মাঙহনবিগদ্রা? ঙসি, মৈতৈ ইবুংগী অখাকপা লৈত্রবা শেংলবা থম্মোয়-নুংগী নুংশি থৌজাল অদু নিজরি নচন্না।"

মতম অসিদা চাওথোইনা খুম্নকই :— "য়ারবদি ইচন হাওবী চানুরা! মদু হায়বীরকনু। ইচনবু চুম্নগী পাম্লো লৈরাংগুম লৌজগে। অদুগা অমরোমদা পারী পুরিস্লু অমত্তনি হায়না খল্লগে। তোইগুম্বস্লুং অদুম্নদি ওইরবদা, হয়েং মতম অমদা মীওইবগী পক্কীরম্নদাই হায়বদু য়োরক্লবদা, ইচন হাওবী চানুরা! অন্না নুংশি মৈশা লাংলক্কনি। মতমদুদা মৈতৈ নবুং ঐস্নু নিপা মচা থোক্না ইথৌনা কবা য়ারক্লোই। থৌরবা তাসোনগী তাজিন্না

মৈতৈ নবুংগী য়াইবী ইথরায়দুম মাঙবা তারকনি হায়না চিংনৈ, মন্থবু মতাংদুদা কনাগী মরাল ওইগদগে ? মৈতৈ নবুংনা মদুগীদমক খোইনা পাঙদবা শীংদা, কিরুবগী রাকম নচ্চদে। মসি অমুক্তা য়াম্না মুন্না খন্থবিয়ু, ইচন হাওবী চানুরা শকহেনবী ! করি লৈত্রবা নবুংগীদমক লোইবী সাইবোম নিংথৌগী ইকাই খুম্নরবী মমোম্লোই ইচনবু য়াইবী থরায় মাঙবা ঙম্বীগদ্রা ? হেক্তা তরাই তরাইনদি খনবীগনু । পোকঙমদনা পোক্লবা মমল নাইদ্রা মীওইবগী মপোক্নি। খৌদোকসিদা, মতাং চাদবনা লমদম অসিদা, মৈতৈ নবুংদি থবাক লোংনা য়াদুনা ইথৌনা উৎশা অমদি অকন-অথৌ শাদুনা পাম্বোম তিংবা য়ারোই নিঙই।"

চাওথোইগী রাহৈ খরসি তাবদা হাওবী চানুরানা হায়জরকইঃ— "মদুদি মৈতৈ ইবুং ! নুংশিবিরবদি নচন হাওবী চানুরাগীদি হায়জখিবা রাকম পূম্নমক পুন্সিচুপ্পা ঙাকচগনি। মৈতৈ ইবুংগীদমক নচন হাওবী চানুরাগী য়াইবী থরায়সি মাঙখিবা তারবদসু করিমতা পাম্মুবগী রাখল লৈজরোই। মসি নচন হাওবী চানুরাগীদি অরেপ্পা রাশক ওইবরা পূকচেল্লি। তরাই তরাইনা হেক্তা খঞ্জরুবগী রাখল্লি লৌবিগনু ইবুং !"

মতাংসিদা, চাওথোইস্তু খাঙঙমদ্রবা মরাহৈ কয়ামুক্তা থম্মোয় শোক্না থোইদোক্না নুংশি-নুংওম্না হায়রকই :— "আঃ ইবেম্মা, নুংশিরবী ইচন হাওবী চানুরা ? লোইবী সাইবোম নিংথৌগী মমোম্লোই ! করি মতৌ কৌবগে ? অঙকপা মপুগী তাইবংবান লাংওন হায়বদু ওইদৌরিবরা তৌরিবা মতৌ অসিবু ? ঙসিদি,

মৈতৈ নবুং ঐসি অরাংবা লোইবী সাইবোম চীংমায় পাল্লৌ থক্তা কৃপাইনা মনীং মখা তম্না শাচ্চরম্নবী শীঙেল লৈরাং অমগী মপু ওইম্ন হায়না তমথ্রবরা ! আঃ ইচন হাওবী চানুরা ! নহাকসি লোইবী সাইবোম নিংথৌগী চপ চানা মতীক মগুণ লৈরবী, ওন্থোক্লা চংখোল্লবী নুংশি মমোম অমা ওইরম্মীদা।

ফরে, তাইবংবান মপুগী থৌজাল ওইম্নবা নোংদমখোল্লি। ইচনবু ঙসি, পাল্লৌ-লৈরাং শীংদা লৌজরে নবুংনা। পুন্সি অসিগী ইচন হাওবী চানুরাবু খক কাউভম্মরোই। মসিনা মৈতৈ নবুংগী রারবা লম্মাংনরবা মতমদা য়াংদৌ লম্বী তাকপীখিবগীদমক লমন শিংব হায়বত্তু শকচরগেকো, ইচন হাওবী চানুরা ! মসি নত্তনদি নুংশিরবী ইচন হাওবী নহাক্কীদমক মৈতৈ নবুংনা লমন শিংনিংঙাই অতৈ অমা লৈজরোইদৌরি।" হায়না হাওবী চানুরাগী মখুৎ খুজেং পায়রগা খম্মোয় অনি শিন্নবগী মতাগুম নুংশি-নুংওনগী মিৎয়েংনা হাওবী চানুরাদা চাওথোইনা চিংনা য়েংলম্মী।

মতমসিদা লোইবী সাইবোম চীংজাওগী মতীক মগুণ লৈবা খোংজাই নিংথৌ চোহাংগী মমোম নুংশি হাওবী চানুরানস্থু "ঙসি তোল্লবী নচন হাওবী চানুরা ঐগী থরায় হকচাং অমম্নুং পুন্সি পুম্নমক মৈতৈ ইবুংদা কথোকচরবনি। অদুনা ননাই তোল্লবী, নচন হাওবী চানুরাবু পুন্সিগী করিগুম্বা মতমদা হুন্দোকপীরমগনুকো।" হায়না মমিৎ অনিদগী পিগী ঈরা তরং তরং শিস্থরদুনা মপুক্লিং য়াম্না নুংশি নুংওম্না হীক্লা হীক্লা খম্মোয় শোক্লা কপচরকখি। মতাংদুদা ঈ, ও, এগ্রিকলচর চাওথোই, করি থোইনা অমুক মখা তানিংঙাই

লৈখিদ্রে।  হায়রকই ঃ—"করে ঙসিদগী হৌনা পুন্সি অসিমগী অরা-মুংঙাই মতম পুম্নমক্তা শরুক য়ামিন্নরসিকো, ইচন হাওবী চানুরা !" হায়না পিরাং পিরোইমিন্নখিরম্মী।

অসুম্না হাওবী চানুরা অমস্থুং চাওথোই অনিমক মপুগী থৌজান্দগী মুংশি চৈথেংনা কল্লকপগী চাং, পম্বেং য়ৌনা য়েংনবগী রাশক তেমশিন্নবা ওইনা লোইশিন্নখিরম্মী হায়বা তাই। মসি মণিপুর সনা লৈবাক্তা করিগুম্বা মতমদা তানখিদ্রিবা থৌদোক অমনি। খল্লুবদা, মরমসিদগী চীং-তম অমতা ওইবগী ফজবা থাক্তা মুংশিনবগী ঈথক ঈপোম রাংনা কায়ক্লি।

মতম অসিদা, লোইবী সাইবোম চীংশাংগী মতীক মগুণ চাউরবা খোংজাই নিংথৌ চোহাংনা শাকা-লাম্বেংনবদা শিজিন্নবা হি-য়াই পুরবা, থৌরবা, লংলবা খুৎশু তাবাক অমা মথুক্তা পায়রগা মহাক্কী চীং লেন্নবী মোলাং হাওবী খুল্লাকপীগা লোয়ননা চীংমী খুৎলং ময়াম অমা পুজুনা পাল্লৌ চীংমায় য়ানবা লাকপদা খজিক থাগুক্লা মমোম মুশিং হাওবী চানুরাগা ঈ, ও, এগ্রিকলচর, চাওথোইগা পাল্লৌ শঙনাক্তা লৈমিন্নরম্বদু হেক উথোকখিরম্মী। মতুদা খোংজাই নিংথৌ চোহাং, অশাওবনা মাঙওইনখিহুনা "কনানো ? তম্বা নহাক নতীক লৈরগা লৈরম্মু খঙগনি। ঙসি লোইবী সাইবোম চীংজাওগী খোংজাই নিংথৌ চোহাং ঐগী ঙম্বা ; রাং-চাউপ্রবা হৈকোল, লৈকোলগী পাল্লৌ চীংমায়দা থাজ-য়োঞ্জদ্রিগী ইমোম মুংশি হাওবী চানুরাগী মনাক্তা অরেম্বদা মতম চান্দনা করেম কথাইনহুনা লৈরম্লিবা মরম করিগীনো ? খঙপনিদো— হে

শরিসো, য়াইবী নথরায় লৌগেকো।" হায়না খোংজাই নিংথৌ চোহাংনা অথোই নাপলগা লোয়ননা তকসি ছোন্দুনা ঈ, ও, এগ্রিকলচর চাওথোই তম্না চেনশিল্লক্লম্মী। মতম অদুদা চাওথোই খঙহৌদনা মছা পূম্বা, খোঙদগী তোল ফাওবা তুঙ্জুং মাঙ্গুং ফংখিরম্মী, য়াইবী মথরায় মাঙবা তারবরা খনখিরম্মী অমস্তুং মখোঙ থোংনা মমং থিবা লাকপত্তুম থোক্লব্রা হায়না নিঙখিরম্মী। অস্তুম্না চাওথোই মপূরিংদা ঙাইহাকী পুংজাদুদা অকী-অথং কয়ামরুম পোকখিরম্মী।

অসিগুম্বা তাঞ্জা অসিদা হাওবী চানুরানা চাওথোইগী মমাঙদা চপ লেপ্লগা "নত্তে, নত্তে অমুক্তা ঙাইবিখো ইপা! মাঙবা তারে, ঙসি মৈতৈ ইবুং অসি, খাঙমু থক্তা মৈতৈ কনা উদ্রিঙৈ, মাঙখিবা তারে, করম রারোইসিগে নমোম্বু? অমুক্তা ঙাইবিখো, অমুক্তা তপথবিখো ইপা! ঙসি, থোকখিবা থৌদাকী লংলা-লংজিল পূম্নমক নমোম নুংশি হাওবী চানুরানা চুম্না পুথোকচগনি। অমুক্তা ইপা নিংথৌগী অশাওবা রাখল' মৈরাদু মুথবিখো।" হায়না য়াম্না মথরায় রানা থম্মোয় শোক্না কপ্তুনা হন্না হন্না হায়জখিরম্মী। মদু ফাওবদা খোংজাই নিংথৌ চোহাংসি অশাওবনা ময়াই কাখিবদু হন্থদ্রি, অদুনা মমোম নুংশি হাওবী চানুরাগী হায়জরক্লিবা রাকম কয়ামুক্তুবু করিমতা নাচুংবিখিদে। হায়রকই:— "ইয়া, হায় ইমোম নুংশি হাওবী চানুরা! তুমিন লৈয়ু মরক খৎকনু। লোইবী সাইবোম নিংথৌগী রায়েল চৈরাক খঙদবী, লমথুংদবী, হৌজিকমক চথোকথ্রো চৎলো।" হায়না মমোম নুংশি হাওবী চানুরাবু মঙক

অমদি পুন্সি, মৈতৈ নবুংহুদা শেনা কথোকচঞ্চবকো! আঃ করিনো ইপাদি খোম্লেন মঙলান চানগুম তাইবং পুন্সি য়াচংখরেনা। আঃ ইপাগী পূকচেল চাউরবী ইমোম নুংশি হাওবী চানুরা! ওস্থোকপনিদা, হাই হাই!" হায়না অরা-নুংশি ঈপাল লাংহুনা থম্মোয় শোক্লা হীক্লা হীক্লা পিরাং পিরোইননা কপচখিরম্মী। অদুগা মতমসিদা খুৎলং চীংমী ময়াম পূম্নমক অদুদ্ধু অরা-নুংশিগী মৈচাক ফোংদোক্লকখিরম্মী।

মতাং অসি য়েবক্কবদা, মখুৎনা মমং লাম্বা কংলয়বা চাওথোই, খজিক রাখল লৌশিং হাবক্লে অমম্বুং মতোমতা চীংমায়থক্কুদা চুম্ন লেপচবা ঙম্লক্লে। অদুগা মতমসিদা হাওবী চানুরাম্বু মহাক্কী নুংশিজরবা মশাবী মাঞ্জ চাওথোইবু শোয়দনা মথরায় কনবিরগনি হৈবহুনা মপূরিং ঙমখৈ লৈতনা হরাওজরক্লে। অদুদগী নিংঙম্মক্কবা মৈচাক্কুন। কপ্পা কপ্পা "ইবুংঙো ইচা নুপা! ইপা খোংজাই নি থৌবু রারোগনুকো! ঙসি ইচাগী অশেংবা নবুকচেলদু খঙনিংবদগী চাং-য়েংলকপদা চিল্লাম খাবাম ওইনা খঙহৌদনা ইপাদি, অঙাওবগী পান্দমগুম অশাওবনা মাংওইনখিদুনা হাওরিংজেল নাইরিংজেল হায়বদু ওইরুরে। নিংঙক-নিংঙকপা তৌগে খনবনা ইপা খোংজাই নিংথৌগী সহৌশা ওইগে হোৎনরুরে। অদুনা ইচা নুপা শাওগনুকো, রারোগনুকো। হৌজিক্তি থোকখিবা ঙসিগী থৌদোক অসিদা ইচা ইবুংঙোগী অকায়বা নরাল করিম্বু লৈরমদ্রে হায়বসি ইপানা তশেং তশেংনা খঙলে।" হায়না লোইবী

সাইবোম চীংশাংগী খোংজাই নিংথৌ চোহাংনা মবুক পেংনা চাওথোইবু নানবিরগা নুংশিনা হায়রকখি।

মতাং অসিদা চাওথোইনা মখুং অনি লোয়্নহুনা অঙ্গংবা অতপ্পা মরাইহুনা "থৌজাল হৈরবা ইপা! নচানা শাওবা অমদি রারৌজবগী কল্লিমতা ইতীক-ইপা ওইজদে। ঙাকপীবা নিজরি। ঙসি, ইপা শক্লবা লোইবী সাইবোম নিংথৌনা পঙলবা নচাগী লঙজখিবা ইরালবু ঙাকপীহুনা য়াইবী থরায় কনবিবসি থোংদোক্লা ইরাইবক ফবনি।" হায়না নোল্লুক্লা খুমজরকখি। মসিদা সাইবোম নিংথৌ চোহাং, থোইনা অমুক্লা পেনবগী ঙমখৈ ওইরহুনা "ফরে ফরে, ইবুংঙো ইচা নুপা পেল্লে, হৌজিক্তি ইপা য়াম্না নুংঙাইরে। ইচাগী নবুক অশেংবা খঙলে।" হায়না হরাও হরাওনা অমুকস্থু কোনবিরম্মী। অহুদগী মোলাং হাওবী খুল্লাকপীনা "অহুদি ইমাগী ইবেম্মা! ইমোম নুংশি হাওবী চানুরা! ঙসি ওইথ্রিবা থৌদোক্কী রাকম, লংলা লংজিল পুন্নমক চুম্না শেংনা মথং মথং হায়দোক্লো তারসি।" হায়না মমোম নুংশি হাওবী চানুরাদা য়াম্না নুংশিনা হায়রকই।

মতম অসিদা হাওবী চানুরানা "ফগনি ইম্মা, নমোম নুংশি হাওবী চানুরানা ঙসি, থোকখিবা থৌদোক্কী লংলা লংজিল পুন্নমক মরীক চুম্না মথং মনাও নাইনা তমজরগে। ঙসি মৈতৈ ইবুং অসিনা লোইবী সাইবোম চীংশাংগী তান্নিবা খোংজাই খুল য়োনবা চংকদবনি। অহুবু চংফম লম্বী খঙদরে হায়না অসোম থংবা লোইবী সাইবোম চীংমায় অসিগী চাউরবা সিবোং লোকপানসিদা

লম্মাংনচুনা অরা-পন্দোল লোয়রবা উবদা, করম্না য়াংদৌ লম্বী তাক্কুনা মৈতৈ ইবুংসিগী অরাবসি কোকহনগদগে হায়না নমোম নুংশি হাওবী চানুরানা ঙাইহাক পায়মা রাখল তৌজরুই। অদুদগী নমোয়া হয়া-হৈ হোই য়াল্লো” হায়না পাল্লৌ য়ানবগী ললাউখোল ওইনা অমুক অনিরক্কং পীজে। মতুদা মৈতৈ ইবুং অসিনা পাল্লৌ চীংমায়রোমদা হন্না হেক য়েংখৎলকই। অদুগা লম্মাংনরবা মৈতৈ নবুংনি, নুংশিবিদুনা য়াংদৌ লম্বী অমুক্তা তাকপীবু ইচনও! লোইবী সাইবোম চীংজাওগী তারিবা খোংজাই খুল তান্না চচ্চগে হায়না নমোম্বু য়েংনা হায়জরকই। মতম অদুদা নমোম নুংশি হাওবী চানুরানা খুদোম্বী থিন্দুনা মৈতৈ ইবুংগী য়াংদৌ লম্বীবু তাকচৈ। অদুদগী রাংলেন পুংখাইমুক্কী মনুংদা উচিন নাচিন্না মৈতৈ ইবুং অসি, ঐখোইগী রাং-চাউরবা সাইবোম চীংজাওগী ঙন্নবা, লোইবী চীংমায় পাল্লৌসিদা য়ান্না রানা কাখৎলক্কুনা য়োঁজরকই। অদুদগী তাউজিং হৈরাং খরদং চারগা নমোম নুংশি হাওবী চানুবাগী নাক্তা অরা-পোত্থাজে। মতমচুদা নমোম নুংশি হাওবী চানুরানা, করিবু হায়গদগে— খোইয়ুম মাগী থৌজাল্লিবু খনগজ্রা, মৈতৈ ইবুং অসিবু হেক উবদা, খঙহৌদনা ইপুক অসি য়াম্না নুংশি নুংওনখ্রে। অদুদগী মৈতৈ ইবুংসিনা গোবর্নমেন্টকী ওফিসার অমনি, তেংনৌপল ডিভেলপমেন্ট ব্লোকী ঈ, ও, এগ্রিকলচরনি হায়না খঙহল্লি। অদুগা লোইবী সাইবোম চীংশাংস্থু তেংনৌপল ব্লোকী সার্কল ওইবনা, শিল্পা থবক্কী টুর প্রোগ্রাম খরদং শেমদুনা লাকচবনি। অদুবু

অরাবদি, মৈতৈ নবুংগী পুন্সিদা, লোইবী চীংনুং-মান্নুংদা চৎপসি হন্দক্কী খোঙচৎ অসিনা অহানবনি। অদুনা ঙসিদি, ইচন হাওবী চানুরানা নুংশিবিদুনা, লম্মাংনরুরবা মৈতৈ নবুংগীদমক লোইবী সাইবোম চীংজাওগী তাবিবা খোংজাই খুল তান্না অমুক্তা লমজিংবিয়ু। মরুপ-মপা খবদং উনদুনা খঙন-চান্নজগে।" হায়না নমোম নুংশি হাওবী চানুবাদা হায়জবকই। মদুদা নমোম নুংশি হাওবী চানুবানা অদুদি, ফবে হৌজিক পাম য়ানবা চীংমী খুৎলং নুপা। নুপী মযাম অমা ইপা সাইবোম নিংথৌ অমদি ইমা রাণী, মোলাং হাওবী খুল্লাকপীগা লোয়নবা পাল্লৌ চীংমায় অসিদা লাক্কনি, ঙাইহাক রাংলেন্দ ঙাইবিবে হায়দুনা হাযজৈ। অদুদগী ঙাইহাক্কুং ঙাইরিবৈদ। ইবু-ইপুনা চুন্নগী রারী রাখোঙ কযামকম শানজৈ। মদুদগী ভাবতকী ওইবা চাওখৎপগী থাক্তা চীং-তম হবাও-নুংশি খুৎশম্নদুনা অমত্তা ওইনা চৎমিন্নবা য়ানবা হোৎনসি অমস্নুং পুন্সি খোঙলোইস্ন ওইমিন্নসি হায়না মৈতৈ ইবুগা নমোম নুংশি হাওবী চানুবাগা নুংশিনা ঙাংন-শরুখি। অদুনা··· ········"

অস্নুম্না—হাওবী চানুবানা থোকখিবা থৌদোক্কী অচুম্বা রারী রাখোঙ খরদং লীরগা অদুম লোইশিনখিরম্মী।

মতাং অসিদা, সাইবোম নিংথৌ চোহাং অমস্নুং রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপীনাচিংবা মযাম পূম্নমক্কী মপূরিংদা চাওথোই অমদি হাওবী চানুরা অনিবু থোইদোক্লা খোইয়ুমগী থৌজাল পীবিন্নবন্না খল্লদুনা নুংশিবিবা পোরখিরম্মী। অদুদগী মতীক মগুণ চাউরবা লোইবী সাইবোম নিংথৌ চোহাংনা "উম ফরে, অদুদি মৈতৈ

ইচানুপা ; হৌজিকমক লোইবী সাইবোম চীংশাংগী খোংজাই নিংথৌ চোহাং ঐগী ইমাং অসিদা চুন্না লেপ্পগা অমুক্তা শরি নাম্নু চেৎনা ছোল্লু। নবুকচেল লেপ্লে লেপ্তে হায়বা অরোইবা অমতং খঙলগে।" হায়না চাওথোইদা হায়রকই। মহুদা চাওথোইনা "অহোই ফগনি, ইপা সাইবোম নিংথৌ ; নচাগী অরোইবা রাশক পরৈ লাম্থোকচরি ; তাবিসি। ঙসি হায়বা নুমিৎ অসিদা ইচন হাওবী চানুরাবু অরাংবা লোইবী সাইবোম চীশাংগী মতীক মগুণ চাউরবা ইপা খোংজাই নিংথৌগী' পাম্নৌ চীংমায় নাপোমদা মৈতৈ তম্বা ইশুং লাঙ্গিদমক মতম চানা ফুগায়না শাচ্চরম্নবী শীঙেল পাম্নৌ লৈরাং অমা ওইনা লৌজরে। অতুগা থম্মোয়গী নাপ্পদা পুন্সিগী নুংশি লৈপুল লৈবাং ওইনা ইথরায় তানা চিঞ্জগনি। অবেম্বদা, খাঙমু থকী শীঙেল লৈবাংগুম, লৈরাং লৈমন চলহঞ্জরোই। মপুগী থৌজাল নিজরি।" হায়না চাওথোই, মপুক্লিংদা চিংনবা লৈতনা মথৌনা ফনা রাশকখিরম্মী। মতম অতুদা খোংজাই নিংথৌ চোহাংনা "হায়বদি, ইমোম নুংশি হাওবী চানুরা !" মহুদা "মাগ্নি অহোই ইমা সাইবোম নিংথৌ ! থৌজ্জালবিয়ু।" অম্নুম্না মপু মনাই রাহং পাউথুম চান-চুম্নখি।

অহুদগী চাওথোইগী রাশক তাবদা, লোইবী সাইবোম চীংজাওগী মতীক মগুণ চাউরবা খোংজাই নিংথৌ চোহাং, মপুক পেল্লহুনা—"য়াম্না নুংঙাইরে মৈতৈ ইচা নুপা ! লোইবী সাইবোম চীংজাওগী খোংজাই নিংথৌ চোহাং ঐগী ইমোম নুংশি হাওবী চানুরা হায়বীসে নপুন্সিগী তৎন-থানবা লৈররোইদবা খোংলোই

ওইজরো। ইপা খোংজাই হাওব নিংথৌগী ইপুকসি শেংনা, অরোইবা ইয়াথং লাম্বোকপীরবনিকো, সে ঙসিদগী হৌনা মৈতৈ নজাতী মরক্তা তিলহঞ্জরো” হায়না খোংজাই নিংথৌ চোহাং, মমিৎ অনিদা নুংশি পিরাং চেন্না মমোম নুংশি হাওবী চানুরাবু মখুৎ খুজেং পায়হুনা চাওথোইদা শিন্নবিখিরম্মী।

থৌদোক অসিদা মরু ওইনা, লোইবী সাইবোম নিংথৌ চোহাংগী থোইদোক্লা চীং লেম্বগী রাণী, মোংলাং হাওবী খুল্লাকপী, মমোম নুংশি হাওবী চানুরা অমদি চাওথোই অহুগা অতৈ চীংমী খুৎলং-ময়াম পূম্নমকস্থু থম্মোয়গী পিরাং পিরোইনখিরম্মী। অহুদগী “মতম পূম্নমক্তা পাঙথোকচনিংবা নংথৌ পূম্নমক পাঙথোকপা ঙম্মবা হোৎনবদা ঙসিদগী হৌনা অয়েৎপা অমদি করিমতা অথিংবা লৈতনা ইচা অনিগী নমায় পাকপা ওইজরোকো। মসিদা খোইয়ুম মাগী থৌজালস্থু পীনবিবা ওইরসস্থু। অহুগা ইপাস্থু লোইবী সাইবোম চীংশাং অসিদা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লিভৈ, অঙম্বা ইতেং পীবিগনিকো।” হায়না অমুকস্থু সাইবোম নিংথৌ চোহাংনা হায়বীরকখি। মহুদা “ইপা! পূম্নমক মপুগী থৌজাল্লি। মতম-লৈবা খিবিক্তা নয়াথং ইঙ্গগনি।” হায়না মপূক্লিং য়াম্না হরাও-নুংশি নুংওন্না চাওথোই অমস্থুং হাওবী চানুরা অনিমক্লা খুমজ্জরকখি।

মতম অসিদা, ইমাগী নুংশি ইমোম হাওবী চানুরা! হায়য়ু, অতৈমখা করি অমুক হায়নিঙাই রাক্ষম লৈরি? হায়না রাণী মোলাং হাওবী খুরাকপীনা মমোম নুংশি হাওবী চানুরাদস্থু হংবিখিরম্মী। মতাংহুদা মমোম নুংশি হাওবী চানুরা; মপূক্লিং য়াম্না হরাও-নুংশি

ভয়াম্না "ওসি, মৈতৈ ইবুংসিদা লোইবী সাইবোম চীংশাংগী মতীক মগুণ চাউরবা ইপা, খোংজাই নিংথৌ চোহাং চীংলেম্নবী ইমা, রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিগী নমোম-মুংশি হাওবী চানুরাগী য়াইবী থরায় হকচাং অমদি পুন্সি কখোকচরে। মসি খোইয়ুম মহাক্না খৌজালবিবগা লোয়ননা খঙবিবা ওইরসনু। পুন্সিগী অরা-মুংঙাই মতম পূম্নমক্তা মৈতৈ ইবুংগী হৈনা খোঙচৎ তুংইন্নগনি।" হায়না নিংথিরবা, তাউজিং-হৈরাং অমসুং শীঙেঙ্গ লৈবাংনা লৈতেংগী মশক ওইরবা, লোইবী সাইবোম চীংজাওগী অরাংবা চীংমায় পান্নৌ থক্তা লেপ্লগা ময়ামগী মমাংদা অরেপ্পা শরি রাশক পন্দোল লোমজখি।

মসিদা লোইবী সাইবোম চীংশাংগী খোংজাই নিংথৌ চোহাংনা মবুক মুংশিনা হায়রকই:— "ফরে ওসিদি, য়াম্না মুংঙাইরে, পেল্লে। সাইবোম নিংথৌ ঐগী ইপুকসি খোইদোক্না হরাওরে। অদুনা ইবুংঙো মৈতৈ ইচা নুপা! ওসি, ইপানা ইচাগী য়ুমথুং পীরগনি। মুংঙাইনা অরা পোখাক্নরসি। অদুগা হয়েং ইনুং ঙাল্লগা লোইবী সাইবোম চীংশাংগী হরাওপুংদা, ইপাখোই ময়াম অমা হরাওবগী তিনগনি। মদুদা চখরক্কদৌরিবা তুংগী থবক থৌরম পূম্নমক নিংথিনা শুগায়না রারী-রাতাই তৌদুনা ফজনা রাম্না মুন্না খঙহল্লুকো। শেমগৎ-শাগৎলকপগী থবক হীরম খুদিংমক্তা স্নারিমখৈ থুনা চাওখৎনবা হোৎনসি। মদুদা লোইবী সাইবোম চীংশাং অসিগী ইপাখোই ময়াম চঙদুনা ইথৌদাং ওইনা থরায় হকচাং স্নাওনা শুমদৈ মায় ওনশিন্দুনা তেংবাংবিগনি। অদুনা চৎলসি ওসিদি,

ই পাগী পুন্সিদা য়াম্না নুংঙাইবা নুমিৎ অমা ওইরে। অহুনা খুৎলং ময়ামস্ত্ন ঙসিদি, অস্তুম নুংইনা হল্লসি।" হায়না সাইবোম নিংথৌ চোহাংনা ময়াথৎ লাউথোরকই। মতমদুদা ময়াম পুম্নমকস্তু য়াম্না হুয়াও-হয়াওনা ক্ষগনি, হায়না খুমজরকখি।

মতাং অসিদা ঙসাইদগী পাম্নৌ শঙদা কিন্থুনা য়াম্না মখয়ায় য়ানা লোত্তুনা লোম্না লৈজরম্বী হাওবী চানুয়াগী চাম্নবী মতায়োই "চোইনাং হাওবী" কৌবী ওঝা অহুস্তু মীয়ৎ নায়ৎকী তাম্না অমত্তং য়েংলগা সৎ থোরক্তুনা খুৎলং চীংমী ময়ামগী মরক্তা অহুম য়াওশিনখিরম্মী।

মতম অদুদা য়াগী; মোলাং হাওবী খুন্নাকপীস্তু য়াম্না নুংঙাইরে, পেম্নে ইপুক অসি নুংশি নুংওম্না হুবাওজরে। ঙসি ইমোম নুংশি হাওবী চানুয়ানা স্কুলদগী হেক হল্লকপদা তবা চাক চাতুনা অয়াংবা লোইবী সাইবোম চীংমায় পাম্নৌ তাউজিং-হৈয়াং হেক্লমগে, শীঙেল লৈয়াং থিরমগে, ঙসিগী লৌয়াং খুৎলং পাম য়ানবদা হৈথা লৈথানবা হায়দুনা য়াংলেন খয়দং হাম্না মতায়োই চোইনাং হাওবীগা লোয়ননা চৎখিবস্তুদি, চীং অমস্তুং তম্বু মিৎয়েং অমত্তংগী অঙকপা লাংওন অমা ওইনা খোযুম মানা থৌজালবিদুনা ইমোম নুংশি হাওবী চানুয়াগী অশেংবা পুন্সি খোংলোই পীনবিরম্নে। মাসিদগী হেম্না নুংঙাইবসিবু করিগুম্বা মতমদা অমুক হল্লা থোক্লকখিনি নিংদ্রে। অহুনা ঙসি থোকখিবা থৌদোকশিং অসিগী হৌয়কপা য়াহৌগী লংলা লুংজিল পুম্নমক অসি নিঙোল লাকপস্তু, পাখঙ লাকপস্তু তশেং তশেংনা খঙলেদনকো। অদুগা অতৈ ময়ামস্তু

খঙ্জন-উনরেকো।" হায়না রাণী মোলাং-হাওবী খুল্লাকপীনা কক্তনা রারোই-রারেপ তাশিনখিরম্মী। মহুদা নিঙোল লাকপা অমস্তুং পাখঙ লাকপা অনিমক অতুগা অতৈ খুৎলং ময়াম পুম্নমক অক্তুম্না অমতা ওইনা "খঙজরে, উজরে" কায়না চিনথুম চপ মান্নখিরম্মী।

মতৌ অস্থুম্না নুমিৎ অসিদা চাওথোই অমস্তুং হাওবী চানুরা অনি অসি, নৌনা মপুন্সিগী মথোক কারকপদা লোইবী সাইবোম চীংমায় পান্নৌদা অপাম নুংশি থুংনবগী লৈপুল ওইমিন্নখিরম্মী। তশেংনমক মসি থৌজালগী মশক ওইরবা মপুগী নোংদমখোল হায়বহু ও-বা তাই। অতুনা থৌদোক অসি, থাজৈশেংবা অঙকপা লাংওয়। অতুগা মতমসিদা খুদোং চাবগী তাঙ্গা অমস্তু ফংগদবগুম, মচৌশাদ্গী হায়ন-শীংনহুনা লৈরম্নবা নিঙোল ঙাকপগী মচা নুপী চেংইনাং হাওবীগা পাখঙ লাকপগী মচা নুপা তেমখঙগা অনিস্তু মখোইগা হৌনবী মতুং ইন্না "মশেম লুহোংবগী হরাও-কুম্মৈগা লোয়নননা চাকখাং চৈখাংজবগে" হায়না পাখঙ লাকপনা সাইবোম নিংথৌ চোহাং অমস্তুং রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিমক্তা হঙ্গচরম্মী।

রাক্কমসি, নুংঙাইবগী ঈপাক্তা তাঙ্গরিবৈঙে ওইবনা, "য়াম্না ফরে মসিদা, কঁরি হায়নিংবা কৌরি নিঙোল লাকপদি?" হায়না সাইবোম নিংথৌ চোহাংনা নিঙোল লাকপদা রাহংলম্মী। মহুদা নিঙোল লাকপস্তু হরাও হরাও অতুম যাজরকখি। অতুগা মমা মতেশল অমস্তুং অতৈ খুৎলং মীয়ামহুস্তু, য়াম্না ফরে চাকখাং-চৈখাং-বিরো হায়না হরাও হরাওনা হাম্নজরকই। মতমসিদা থোইদোক

হেন্দোক্না চোইনাং হাওবী অমদি তেমখণ্ড অনিগী মায়খোংদা হয়াও-নুংঙাইবগী তোঙানবা ঈথক ঈপোম অমা নৌহৌনা কায়কপগী মঙাল তাবা উরম্মী।

---

# পন্দুপ ২শুবা

নুমিৎসি লোইবী সাইবোম চীংশাংদা তারিবা খোংজাই জাতীশিংগী চৎনবী মহৌশাগী মপানাৎ মপুনাৎকী ওইবা ওল্লকপা চহি কুমওনগী হরাওবা হৌগদবা নুমিৎ অমা ওইরম্মী। ' নুমিৎ অসিদা হরাওপুংদা খোংজাই নিংথৌ চোহাংনচিংবা কয়াইবা অঙম অথৌশিং অমদি অতৈ নুপী নুপা ময়াম্না থন্না চোম্না তিল্লবদা, চাওথোইনা ভারতকী থার্ড ফাইভ য়ারস প্লালগী ওইনা ( ৩শুবা চহি ৫ গী থৌরাংগী ) চথ্বক্লিবা মতাংদা লোইবী সাইবোম চীংশোগীস্থু চীংমায় নাপোম পূম্নমক্তা য়াম্না থুনা খুদোং চাগদবা মতম মতমগী হেক্তা চুনগদবা অনৌবা মখল মখলগী ওইবা চীংকৌ, শগোল হরাইনচিংবা থা অনি অহুমদা হেক্তা লোকপা য়াবা, চহি অমা অনিদা পানবা হৈনৌ, অরাথবী; চহি অমা মখাই অনিদা পানবা হৈজাং, চম্প্রা, সোলোম; অমুক্তং থাখিবনা মতম চহি অহুম মরি চুপ্পা অহুম পানবা মঙ্গ্রা, মাইরেল লৈবাক হরাই; অহুগা চহি অমদা হেক্তা হেকপা য়াবা, চহি মঙা অরুক চুপ্পা হেকপা য়াবা লশিং পাম্বী অসিনচিংবা য়াম্না কাম্নগদবা মহৈ মরোং,

উহৈ রাহৈ কয়ামরুম থাননবা অমস্তুং হুম্নবগী মরমদা রারী-রাখোং শম্নোক্লা হায়খি।

হায়খিবা মরু মরাং, চায়া পাম্বীশিং অসি তেংনৌপল রোক্তুগী অহুম লৌরবা য়াগনি, লৌবিরো। অহুগা মহৈ মরোং পাম্বীশিংগী মতীক চাবা হায় কয়ামরুমস্তু লোইনা কংবিগনি, পীজগে, লমদম অসিগী ইপা-ইপলশিং অমদি ইচিন-ইন্নাও ময়াম পূন্নমক লাকপীয়ু। অস্নম হায়না লাউথোকখি। মহুদা চীংমী মীয়াম পূন্নমক অহুস্তু অয়াম্বনা লৌমী শিনমীগী মী ভাক ওইবনা, "লাকচগে, শোয়দনা লৌজরগে, ঐখোইগীদমক্তনি।" হায়না য়াম্না হরাও হরাওনা নৌনা অহুম হীরম খুদিংমক পান্নবা রাখল পোক্লখিরম্মী। অহুগা নোংজু পাম্বাদদি, মতৌ করম্না ঙম্নবা চীংমায় নাপোমশিং অহুদা নুমিৎ তরানি, থা মখাই মুক্তং ওইরবস্তু ঈশিং তুংহন্দুনা লৌউ-শীংউবগী খুদোং চাবা ওইগদগে হায়বগী লম্বীস্তু অহুম মতম মতমহুদা য়ানবা শীঞ্জগনি। পূন্নমক অসি, ঐগীদি য়াম্না তঙাই ফদ্রবা ইথৌ অমনি। অহুনা মায়কৈ অসোমদা মহৌশাদগী পোৎথোক চাথোক্নী চাং (প্রদকসন) য়াম্না হেনগৎনবা হোৎনগদবনি। মসিদা ইপা ইপলশিং, ইচিন ইন্নাও ময়াম পূন্নমক য়াম্না থরায় হকচাং য়াওনা তেংবাংবিয়ু হায়না হায়জখি।

মতমসিদা, হরাও পুংদা তিল্লিবা মীয়াম পূন্নমক অহুনা য়াম্না হরাও হরাওনা "তেংবাংগনি অমস্তুং ইথৌদাং ওইনা হোৎনজগনি, ঐখোইগীদমক্তি, গোবর্ণমেণ্টনা চীংমী ঐখোইগীদমক হৌজিক্নী অমদি তুংগী নুংঙাই য়াইফনবা থৌরাং কয়ামরুম

শিনবীরকপা অসি থোইদোক্ল। য়াম্না ইরাইবক ফগৎবা শোন্‌থনি।” হায়না খুমখি। অদুদগীদি অদুম হৱাওবগী মতম য়োৎরক্লদুনা হৱাওবা হৌখিরম্মী। অদুগা হৱাওবদুদা চাওথোই ঈ,ও, এগ্রিকচর অসিস্তু ঙাইহাক্তং লাইগী চৎনবী থৌগল ওইনা য়াওদবা য়ারম্লদুনা হৱাও জগোই য়াওখি। মতমদুদা, মখাগী ছৈরেং ওইবা ৱাহৈ খরসি, হৱাওবগী থৌগল ইশৈ ওইনা শকখি। মদুদা, লোইবী সাইবোম চীংজাওগী খোংজাই নিংথৌ চোহাংনচিংবা চীংমী ময়াম পুম্নমক্না মপুক হৱাও নুংশিনা পেন্নবিখি। মদুদগী চাওথোই, হৱাও জগোই, ইশৈদা মতীক চাবা মনা ফংখি।

## ইশৈ

লোইবী সাইবোম চীংশাংদা
গোভর্ণমেণ্ট' শিন্থা লাকপদি,
সাইবোম নিংথৌগী মরমদম
অরাংবা চীংমায় পাম্লোদা
তোমখিল ওইনা শাচ্চরম্বী
শীডেল লৈরাংবু চিন্দুনা
পুন্সি নুংঙল্লু তমথ্রবোই
খোইয়ুম মাগী থৌজাল্লা।

অদুদগী চাওথোই, চীংনুংদা মথংগী নুমিৎতগী হৌনা লীরা চংনীং অমস্তুং মোরে লমদমগী টুর প্রোগ্রাম কয়ামরুম লৈরবনা, লোইবী সাইবোম চীশাংগী খোংজাই নিংথৌ চোহাং মম্নোম

নুংশি হাওবী চানুরাবু থম্মনগা নুমিত্তুদা অহুম রিপোর্ট লানখৎলম্বগী ও'না তেংনৌপল ব্লোক ওফিসতা হনবা তাখিরম্মী।

মতম অসিদা, চাওথোই মতুংদা অমুক হন্না লাক্লরোইদ্রা হায়বগী চিংনজবা রাখল কয়া মরুম্না নুজা ওইবী হাওবী চানুরা, মপুক্লিংদা অরা-নুংশিগী মৈচাক্লা পোখাকম খণ্ডনা লাংতক্লখিরম্মী। মাস থোইদোকপা পুন্সিগী মথোক কারকপী নুজা ওইবী গুপী-মচাশিংগীদি হৌনশানি। হাওবী চানুরা মহাক্তগী ওইনা তোঙানবা শরুক অমা অমুক তম্নবা নত্তে।

অদুদগী চাওথোই, তেংনৌপল ব্রোক্তা খোঙ শান্নবা সাইবোম নিংথৌ চোহাংগী ময়াথং লৌরগা নুংথিলগী পুং অহুমলোম তারকপগী মতমদা লোইবী সাইবোম চীংশাং থাদোকপা তারক্লে। অদুদগী তেংনৌপল মায়কৈরোমদা খোঙ শাল্লমদাইদা মরু ওইনা হাওবী চানুরাদা চত্তবা য়াদবা ওফিসার অমগী টুর প্রোগ্রাম ওইবনা চৎক-দৌরিবনি, রারৌগনু। ঙসি, হায়রমগদবা হায়ববু "চাওথোই ঐসি হাওবী চানুরাগীনি। অদুগা হাওবী চানুরা নহাকসি চাওথোইগীনি।" মসিদং পুন্সিগী ওইনা কাউননুসিকো ইচন হাওবী চানুরা! হায়না থোইদোক্লা নুংশি-নুংওম্না হায়বিখিরম্মী। মহুদা হাওবী চানুরা, মমিত্তগী পিগী ঈরা তরং তরং শিস্থরকখি। অদুগা "করে কমদৌনি য়াখিদবা মতাং থোকপনা লৈজহৌবা তারে। থৌজালবিহুনা, ঙসি নুজা ওইরবী তোল্লবী নচল হাওবী চানুরাবু পুন্সিদা কনাগী নক্রে খনবিবা, মসিদং নিজরি।" হায়না ঈ, ও, এগ্রিকলচর চাওথোইদা য়াম্না নুংশিজবা মিৎয়েংনা চিংনা চিংনা য়েংলগা হায়জখিরম্মী।

হাওবী চানুরাগী মতৌ উবদা চাওথোই, করম্না মখোঙ থাংদোক্লসিগে হায়না থম্মোয় শোক্লা খনখিরম্মী। অদুমকপু মতমগী তাঞ্জানা য়ারক্কদ্রুনা "ফরে করিগী কাউথোককদগে নুংশিবী ইচন হাওবী চানুরা-ও! লৈহৌরো ঐ চৎলগে।" হায়রম্লগা চাওথোই, তেংনৌপল মায়কৈ তম্না মখোঙ থাংঙমদনা থাংখিরম্মী। মতম অদুদা নুজা ওইরবী হাওবী চানুরা, লোইবী সাইবোম চীংমায় নাপোমদা লেপ্তুনা চাওথোইবু নুংশি মিৎয়েংনা তাম্না য়েংজহৌরি।

ওম্থোকপনি, অসিগুম্বা নুজা ওইবী হাওবী চানুরাগী তাম্নবা নুংশি মিৎয়েংবু খঙহৌদনা লোইবী মোলাংগী অরাংবা চীংমায় নাপোম অমনা হেক ঙাইহাক্তদা খনখিরম্মী। মতমসিদা কপ্না কপ্না হায়রকই:—আঃ উখিদ্রে।—

খনখরে তাম্নবা মিৎয়েং
লোইবী মোলাং' নাপোম্না,
লানখরে মিৎয়েং' রাংমদা
রাংলেন ঙাইহাকী মনুংদা।
লোৎখরে শাবী' শক্তম
খুরবা চীংমায়' লম্বীদা,
লৈহৌরে হাওবী চানুরা
রাখল মৈশা লাংদ্রুনা।

অম্সুম্না খুমিৎ অসিদা নুজা ওইবী হাওবী চানুরা অরা-নুংশি ঈপাল লাংদ্রুনা লৈজহৌই। অদুগা মতাংসিদা, "লোইবী মোলাং" হায়বসি লোইবী সাইবোম চীংজাওগী মতীক-মগুণ লৈরবা খোংজাই

নিংথৌ চোহাংন। মহাক্কী চীংলেম্লবী বাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপীগী কোলোই মিংদু মপুগী তাইবংবাসিদা লৈহৌরসন্নু হাযন। খন্দুনা থোনখিন। মিংনি। মসি লোইবী সাইবোম চীংজাওগী চীংশা নাপোম অমনি। য়েংবদা, থোইদোক্লা ফজথ্রবা, পূক্লিং নুংশিবা পোক্লবা "লোইবী মোলাং" হায়বদু ওইখ্রে। খল্লুবদা মসি, মহৌশা কৌবী লাইবেম্বীনম্নু মহাক্কী লৈজবা খুৎশেমদা কবিমতা অরাৎপা লৈতনা অদুপকী মতীক নিংথিজনা শেম্বীবম্বোই নিংই। অদুগা কবি কবিগুম্বদা, হবাও কুম্মে থোক্লপা মতমদম্নু চীংনুং মায়কৈদুগী ওইনা হায়রিব। লোইবী মোলাং চীংসিগী ফজবা মহৌশাগী ওইবা নিংথিবা খুৎশেম্নু য়েংলগা থোইদোক্লা মপুক্লিং হবাও-তযাম্বা অমদি নুংশি-নুংওনবা পোক্লরম্মী।

---

## পন্দুপ তশুবা

হাওবী চানুবাগা চাওথোইগা উনখিদবা অমদি ঈ-পাউ তান-খঙনখিদবা মতম কুইশিল্লক্লে। মতম অসিদা চাওথোইদ্রি কবম তৌরি? মতম থা মখাই অবোম চুপ্পা মোবে লমদমগী অমম্নুং লীরা চংনিংলোমগী টুর প্রোগ্রামগী মতুং ইন্না থবক মরম কয়ামরুম পাঙথোকলুবগা তেংনৌপল ল্লোক্তা হল্লক্কুনা ওফিসতা দুমিৎ কুম্নিবোম চংনা অমুক লোইবী সাইবোম চীংশাং, মোবে লমদম অমম্নুং লীরা চংনি অসিনচিংবা মহাক্কী সার্কল পূন্নমক্কী

থবক থৌরম পুম্নমক য়াম্না নিংথি নিংথিনা মথং মনাও নাইনা চথনবা কজনা শীন্দোক্নুনা লৈজরিবা মতম্নি।

অসুম্না চাওথোই, হাওবী চানুরাবু করিমতা নিংশিংলুবা লৈতনা মথৌদা মপূক্নিং চঙনা যাম্না মথরায় হকচাং য়াওনা ভস্মমখৈ হোৎনত্নুনা থার্ড ফাইভ য়ার প্লানগী ( ৩ শুবা চহি ৫ গী থৌরাংগী মনুংদা লোইবী চীংজাওগী লমদম্সু য়ারিবমখৈ থবক রাংনা চাও-খৎহনগে হায়না মতম পূম্নমক্তা খঞ্জরম্মী।

অদুনদি চাওথোইসি, হাওবী চানুবাবু থাঙ্গৈশেংনা কাউরম-লগদ্রা হায়না খন্নবা য়াই। অদুদগী মতম খরা লৈরগা নোংমদি, থাবল ফরবা নুমিদাংগী অথেংবদা, চাওথোইনা মহাক্কী লৈকম ক্বাটর হাওসত্তা হিপ্না হিপ্না, থম্মোইদা অরা নুংশি পিবাং চেম্না ঈহৌনিংঙাই ওইরবা চিঠি অমখক পাবম্মী। পাবম্নিবা চিঠি অদুদি নুমিৎ অদুগী নুংথিল নুমিদাংরাইবমদা তেংনৌপলগী পোষ্টমেন অমনা মহাক্কী ওফিস চম্প্রাসদা পীবম্বা চিঠিনি। নুমিৎ অদু চীংনুংনিনা, য়াম্নসু হেম্না ঈংই। মীচীক মীবাওখোলস্সু তাখিদ্রে, চীক্রা অহিংগী ইচীক হল্লক্লুবা রাংলেন পুংজানি। অদুগা মতমগী মতুং ইন্না চীং তম পুম্নমক্তা হৌবিবা হৈপাল, লৈপাল অমদি উপাল, রাপল খুদি মক অনৌবা যোনিং চোংখৎনরক্লুবা তমসুং মীওইবগী পূক্নিং অমসুং রাখল মকা লাম্নবক্লুবা অদুগা থোইদোক হেন্দোক্লা মথোক কারকপা শাবী শানৌশিংদদি, নুংশি-নু ওনগী ঈপাক্তা, হারাও নুংঙাই তয়াম্বগী শুমহৎলবা ইচেম্না খোয়রাংবগা লোয়ননা অহোইনরকপা, বসন্ত ঋতু হায়বদুগী মনুং মতম চঙলক্লুবা.

কাইরেল থাগী ৭ | ৮ নিরোমদং পানখৎলকপা, থা তারমদাইগী মতমগা ওইরম্বনা, চীংনুংহুদা মথোক কাররক্লিবা 'শীংদা চাওথোইগী পূক্লিংদো খঙহৌদনা, নূম্ববা নুংশি-নুংওনগী তেংবাং অমম্ব ইনৌ নোনা হেক পীবিরম্মী। অদুগা ইরক্লিবা চিঠিগী মরোল অদুদি অসিনি :—

## শ্রীচাওথোই সিংহ।

ঈ, ও, এগ্রিকলচর, তেংনৌপল ব্লোক,

পিঃ ওঃ তেংনৌপল।

তাথ্রেদো নুংশি মিরেন্দি
নুজাগী থম্মোই নাইয়ুমদা,
করম হায়না কাউসিগে
কাউঙম-মরোই পুন্সিদা,
রাথ্রেদা খল্লুবদা নুজাদি।

ইবুং!

ঙসি, নুজা ওইবী নচন হাওবী চানুরানা নিংশিংজরিবদি :— মতম কুইথ্রে, লোইদাম থাহুম ফারক্লে, ইবুংগী নপাউ ফংখিদবা, চেংলৌ শক্তম উখিদবা।

কাউবিথ্রবরা তোল্লবী নচন হাওবী চানুরাবু? খল্লুবদা, পূক্লিং অসি অরা-নুংশি নুংবংই। অদুনা অরোইবদা :—

নিজরি ইবুংগী থৌজাল,
"য়ৌবিরক্লুনা হাওবী নাক্তা,
শাবিরবা নুংশি রারী
কোক্লবা নচনগী অরা-মৈচাক"
মসিদং খনবীবা নুংশিবিরবদি।

নহাক্কী—
**নচন হাওবী চানুরা**
লোইবী সাইবোম চীংজাও
পিঃ ওঃ সাইবোম
তাং·················ইং

চিঠি পাক্লবদগী চাওথোই, খঙহৌদনা মমিত্তুগী মপি শিন্থখিরম্মী অমসুং মতমমতুদা, "হাওবী চানুরামক্তা হনখিনবা চিঠি ওইনদি ইররোই। করিগুম্বা লম্বী থোংনচিংবা শেম-খোৎপা থবক্কী প্রোগ্রাম অমদা ইছামক চৎলগা খুদোং চাবা তাঙ্গা অমতং ফংবদা উনদুনা হেক্তা ঙাংন-শক্লরগে। মতুনা নুরা ওইবী হাওবী চানুরা মহাক্কী মনীং থুংজবা হায়বতু ওইগনি। অতুনদি হৌজিকমক সাইবোম নিংথৌদা ওইনা রারোল খরদং হেক্তা ইগ্রগে।" অম্সুম হায়না খল্লদুনা চাওথোইনা চিঠি অমা খুদক্তুদা ইথোক্লুনা থম্লে। অদুদগী মখাগী রাহৈ খরসি ইশৈ ওইনা শক্তুনা ঙাইহাক্তং মপুক্লিংগী অরা-নুংশি মৈচাক খরদং কোদোররক্লম্মী। মতম অদুদদি নোংম্লু খিৎলি খিৎলি পাবানা, থাবলগী ঈপোম মরক্তা চুথরক্লম্মী।

মতুদগী রাংলেন ভাইহাকুং নুরা ওইবী হাওবী চানুরাগী নুংশি' রাখল ৷পোমদা তাউরম্বদগী অত্থম চাওথোই, খোল্লেন য়াতাখিরম্মী।

### ইশৈ

লম্মাং নরবা মতমদা
য়াংদৌ লম্বী তাকখিবা
ইচন হাওবী চানুরা!
করম্না কাউসিগে পুন্সিদা।

সাইবোম চীংমায় পাম্নৌদা,
তাউজিং হৈরাং চাখিবা
শীঙেল লৈরাং চিনখিবা
কাউবা য়াররোই মপোকসিদা।

চাওথোইনা শকতোকখিবা ইশৈসিগী ঈথক ঈপোম্না, চৌরুবা অহিং অত্থদা তেংনৌপল চীংমায় নাপোম 'পূম্বা শীনবা থুংখিরম্মী। মহুদা চীংমায় লাইরেম্বীনস্থ নুংশি-মতেং পীবিবা ওইনা হরাও মথি ফোংদোকপীখিরম্মী।

---

## পন্দূপ ৪শুবা

নোংমা নুমিদাংরাইরমগী তাঞ্জানি। নুমিৎনা নোংচুপ চীংশাংগী মরুমদা লৈথখিবা তারমদাই নুমিৎকী ঈংনা থোৎনা মেঙলবা, সনা মচু মাল্লবা মঙাম্না মহৌশা লাইরেম্বীগী থৌগল লৈত্তেং

ওইরিবী, খোইদোক্না তাইবং পূক্নিং হূনবগী মশকপু ওইন নুংশি-নুংওম্নরকপা মতম্নি।

অসিগুম্বা মতম অসিদা, লোইবী সাইবোম চীংশাংগী মতীক মগুণ চাউরবা খোংজাই নিংথৌ চোহাংগী মমোম নুংশি হাওবী চানুরানা মথুত্তা ঈশিং পুল অমা পায়রদুনা ঈশিংখোং তম্না ঈশিং শোকপা কুম্লম্মী। মতম অদুদা মশাবী মাঙ্গা চাওথোই মগুং লাঙ্গি হাওবী চানুরানা মখাগী ছৈরেং ন্নাহৈ খরসি, ইশৈ ওইনা শকুনঃ খোইয়ুমগী থৌজাল নিজরম্মী।

## ইশৈ

নুমিৎ শীংবুম কুইরক্লে
লোইদাম থাহুম ফারক্লে
মাঙ্গ' চে'ঙ্গৌ উখিদবা
নুংশি' মপাউ তাখিদবা,
কাউররিব্রা হাওবী চানুরানু
খন্নুবদা পূক্নিং নুংওম্নি।

পীবিয়ু খোইয়ুম' থৌজাল
নিজরি হাওবী চানুরানা,
"লম্মাংনকুবা মৈতৈ ইবুংগা
তৎন থানবা লৈতনা
অপাম নুংশি থুংনবা,
পুন্সি লৈপুল ওইমিন্নবা।"

অতুদগী হাওবী চানুরা, ঈশিং খোংদগী ঈশিং শোক্লগা অতুম কারক্লে। মতম অতুদা মপাবুং সাইবোম নিংথৌ চোহাংনা মমোম নুংশি হাওবী চানুরাদা চিঠি অমখক "পাউ, করি হায়রিবনো তাগে" হায়না পীরম্মী। মতমদুদা হাওবী চানুরাগী মপুক্লিংদা চিঠিদু চাওথোইনা পীরকপা চিঠি ওঃরম্বা য়াই হায়না খঞ্জে। অতুদগী চিঠিদু হাংদোক্লগা পাথরকপদা, য়ারোল অসুম্না ইরম্মী।

## সাইবোম নিংথৌ !

পূকচেল চাউরবা ইপা, লোইবী সাইবোম নিংথৌগী মফমদা নচানা হায়জরিবদি ঃ— লম্বী থোং খরদং শেমসি হায়না নোংমা লেপ্পখিবদু ঙসিগা থানা মঙানি শুবা ইরাই নুমিত্তা নচাগী মরুপ মপাং খরগা লোয়ননা লাকচগে।

হায়জরিবা নুমিৎসিদা থবক অসি, শোয়দনা পাঙথোক্লবা ইপা সাইবোম নিংথৌনা য়ুমথাং পাউজেল অমুক্তা লাউথোকপীরম্মু।

নচা—

**শ্রীচাওথোই সিংহ**

তাং … … … … ইং ঈ, ও, এগ্রিকচলর, তেংনৌপল ব্লোক,<br>পিঃ ওঃ তেংনৌপল, মণিপুর।

মসিদা নুংশিবা মথংলেন চাওথোই উনরগনি অমসুং শাননিংবা য়ারী-য়াতাই কয়ামরুমসু নিংথিনা মপুং ফানা শানবা ফংলগনি হায়না খল্লদুনা নুজা ওইবী হাওবী চানুরা, মথরায় মকাপাম্না

হরাওজৈ অমস্তুং মপুক্লিং নুংশি-নুংওজৈ। অদুগা মপা ইবুংঙো চোহাং নিংথৌনস্থু পীরক্লিবা চিঠিগী মরোল তাবদা য়াম্না হরাও হরাওনা লোইবী সাইবোম চীংশাংগী য়ুমথোং খুদিংমক্তা য়ুমথাং পাউজেল খুংনা পীগনি হায়না হায়বিখিরম্মী। মতুদা মমোম নুংশি হাওবী চানুরানা "ইপা ইবুংঙো ! নমোমস্থু রাকমসিদা থোইদোক্না লুংঙাইজরে। লোইবী সাইবোম চীংনুংগী লম্বী থোং কক্রিবশিং অসি খরদং কহৌনবা শীনবিয়ু।" হায়না মপা ইবুংঙো সাইবোম নিংথৌ চোংহাংদা হাইজরকখি। মসিদা মপাবুং সাইবোম নিংথৌনস্থু "উম শীনগদবনি, ইমোম নুংশি হাওবী চানুরা ! ইপানা পাল্লিঙৈ, ইহাক থকসিদা হেক ঙম্বমখৈ থরায় হকচাং য়াওনা, লম্বী থোং পুম্নমক য়ারিমখৈ খুদোং চানবা হোৎনগনি।" হায়না হরাও-নুংশিনা খুম্বীখি। মতুদা হাওবী চানুরা, থোইদোক্না হরাওজৈ অমস্তুং মশাবী চাওথোই লাক্কদবা নুমিৎ অদুবু ঙাইদুনা খৌরাংনা মতম লেপ্পুরি।

হাওবী চানুরা, মতম অদুদা ক্লাস আইট পাশ তৌরবী, জুনিয়র বেসিক ট্রেইনিংস্থু চৎলুরবী লোইবী সাইবোম চীংশাংগী গার্লস এল, পি, স্কুলগী ওঝা হেড মিষ্ট্রেস অমা ওইজরম্মী। অদুগা মহাক্না হায়রিবা গার্লস এল, পি স্কুল অদুবু অপগ্রেডেড গার্লস জে, বি, স্কুল অমা ওইহনবিয়ু, ট্রাইভেল হিল গার্লসশিংগী ইডুকেসন খরা ফগৎহনবিয়ু হায়না ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস (ইষ্ট) মণিপুর এডমিমিষ্ট্রেসনদা দরখাস্থ রিপোর্টনচিংবা কয়ামুক থাগত্তুনা য়াম্না কন্না মথরায় য়াওনা হোৎনজরম্মী। অদুগা অমরোমদা

তেংনৌপল য়োক্কী এস, ঈ, ও, দগীসু স্কুল অসিগী অপগ্রেডেডকী-দমক লৌবা য়াবা মতেং কয়ামরুমস্থ লৌননবা তোৎনজরম্বী। মতুদা এস, ঈ, ও নস্থ থোইদোক্লা পীকম থোক্লবা মতেং পুম্নমক য়াম্না হাও-হরাওনা নুংশিনা পীবিরকখিরম্মী।

অসুম্না হাওবী চানুরানা ভম্বমখৈ মছাগী ওইজবা পাদোক্তুনা লোইবী সাইবোম চীংশাংগী নৌনা হৌরক্লিবী তুংগী মুপীমচাশিংবু মথং মথং ওইনা খরদং চাওখৎপা ইডুকেসনগী থাক্তা পুখৎলক্লবা তোৎনবা অমসুং মহাক্কী থোইদোক্লা পামজবা মথৌরাং অমা ওইরম্মী। মরম অসিনা অসিগুম্বা, চীংগী মরমদমু চাওখৎনবগী রাখন্দা নোমজরিবী মুপীমচা, হাওবী চানুরাগী মতৌসি উবদা, লমদমতুগী অহল-লম্মন অমসুং নুপী অভাং পুম্নমক্লা মহাকপু থাগত্তবা ভম্নমদে। মতম পুম্নমক্তা "ও! ঐখোইগী লোইবী সাইবোম নিংথৌ চাহাং অমসুং রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিগী মমোম নুংশি হাওবী চানুরা! নহাক থক্তগী হৌনা শোয়দনা ঐখোইগী চীংনুং মায়কৈগী লমদমসি ইনৌ নৌনা চাওখৎপগী থাক্তা মভাল ওইরবা, লৌশিং মৈরা অমা লাক্কদৌরি।" অসুম্না ভাংনৈ, শোম্নৈ।

---

# পন্দূপ ৫শুবা

নোংমদি, অযুক পুং ৮ লোম তাবা মতমদা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস (ইষ্ট) না মহাক্কী চপ্রাসি অমা লোয়ননা সাইবোম গার্লস এল, পি, স্কুলদা ইনস্পেকসন লাক্লম্মী। অতুগা হৌনবী

মতুং ইন্না য়েংফম থোকপা ইনস্পেকসনগী থবক পুন্নমক য়েংবা হেক লোইরকপদা, নুমিৎ খুদিংগী ওইনা স্কুল ছুটি থারমদাইদা নুপীমচাশিংবু পুল্লপ পুনশিলহল্লগা শকহনবা ইশৈ অমা ইনস্পেক্টর ওক স্কুলসগী মমাংদা হেড মিস্ট্রেস হাওবী চানুরানা নুপীমচাশিংবু য়াম্না নিংথিনা মপূরিং চঙনা শকহনখি। শকহনখিবা ইশৈ অদুদি মথাগী অসিনি।

## ইশৈ

হাওবী ঐখোই লাইবিক তমসিকো।
নুমিৎ খুদিং স্কুল কাসিকো।
ইমাগী থোদা তুংইন ঙম্নবা
ইবৈবাক শেমগৎ-শাগৎপা য়াওনবা।
মসিনা শিন্ত পোবম ওইসিকো
হাওবী খোইনা নাম্না ওইরিঙৈ,
চুম্না থরায় চকচাং য়াওনা
লৌশিং মৈরা মঙাল ফংনবা।
লাকসিকো হাওবী ইচিন ইনাওশা!
নাকন্দা লাইরিক স্লেট য়েপ্তুনা
স্কুল শঙ্গস তাম্না নুতিগী
তুংগী পুন্স পোলোই য়াইফনবা।

ইশৈ ছেশক অাস হেক তাবদা, ইনস্পেক্টর ওক স্কুলসনা মপূরিংদা পেল্লদুনা মাম্না থাগৎলক্ষ্মী। অদুগা "ঙসিগী ইশৈ অসিগী ছৈরেংবা মীশ অদুদি কনানো?" হায়না হংলক্ষ্মী।

মতম অদুদা হেড মিষ্ট্রেস হাওবী চানুরানা "ওঝাবু, নৌনা হৌগস্চ্ন ক্লবী তুংগী ব্রাইভেল তিন্স গালসশিংগীদমক্তা খরদং য়াইকরক্লবা হায়না খঞ্জদুনা ননাই হাওবী চানুবানা ছেরেংজবনি।" হায়না খুমখি। মদুদা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলসনা হেড মিষ্ট্রেস হাওবী চানুরাবু অমুক্তা হেন্না থাগৎলম্মী। অদুদগী খুদক অদু-মক্তদা "করে সাইবোম গালস এল, পি, স্কুল অসি, নিংথিনা প্রাগ্রেস ওইরে। মরম অদুনা স্কুল অসি, শোয়দনা কুমসিগী সাক্লিবা মার্চ সেসন্দগী হৌনা লোইবী সাইবোম চীংশাংগী ওইনা অপগ্রেডেড হিল গালস জে, বি, স্কুল অমা ওল্লগনি অদুগা হেড মিষ্ট্রেস হাওবী চানুবাবু অদুম অপগ্রেডেড গার্লস জে, বি, স্কুল অসিগী হেড মিষ্ট্রেস ওইনা চুম্না প্রোমোসন পীবগনি।" হায়না স্কুলগী ইনস্পেকসন বুক্তা ফজনা শেংনা ইবিরম্মী। অদুদগী নুপীমচাশিংনা শকখিবা ইশৈ ময়েকশিং অদুসু ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলসগী টুব ডাইাব বুক্তা নিংথিনা বাইটিং রেকোর্ড অমা লৌবিখি। অদুগা নুপী মচাশিংবুসু মপূক্লিং থোগৎপীবগী মশক ওইনা মখাগী পাউতাক ওইবা রাহৈ কয়ামরুমসি ফজনা পীবিরম্মী।

"পীক্লিবী নুপী মচাশা! তারো। ওসিদি, ঐ নখোইদা রা খরা হায়রমগে। লাইবিক নথরায় য়াওনা ভম্মু। নখোইবু ঐনা য়াম্না নুংশি। থাঙ্গেশেংবা ইচাগুম্না খল্লি। অদুনা নুমিৎ খুদংগী স্কুল কাবা লেপকনু। নোংমগী পারা নিংথিনা কানবা ঔরাইয়ু। নখোই খুদিংমক লাইরিক হৈবী ওইহল্লিংই। নখোইগী স্কুলবু নখোইনা কগৎহল্লু। অদুগা মতম পুম্নমক্তা নখোইগী

নমা শক্লবী ওঝাশিংগী পাউতাক নপূক্লিং চঙনা তাও। য়াম্ল খম্নে'য শেংবী, পূকচেল চাউবী ওইয়ু। লমচৎ ফজবা, রাহৈ খোনকম লুবা তম্মু। অমগা অমগা খৎন-চৈনগনু। অমতা ওইনা ক্ষুংশিনা লোয়নৌ। পুকচেল লিংজেল মাল্লৌ। অরৈ অরৈবা হরাও হরাওনা য়েন্নহুনা চাম্মিন থকমিল্লৌ। হীরম খুদিংমক্লা শুবা চৎপা তিল্লৌ। মহুনা চাওখৎপা হায়বহু ওইগনি। অহুগা মরু ওইনা নোংমদি, নখোই ঙম্নমক অফবী মমা অমমম ওইগে নিংউ। নখোইগী লৈকমসি অরাংবা লোইবী চীংজাওনি। লৈফম্না রাংবগুম নখোই ঙম্নমক মতীক চাবী মমা অমমম ওইবগী থাক্তু য়েনা রাংঙকউ। ঐনা ঙসি হায়খ্রিবা খরদংসি নখোংগী পুন্সিদা খক কাউগনুকো। অহু ওইরবদি, শোয়দনা নখোইদগী ইরৈবাক ইজাতীগী লৌনিংঙাই অমদি তমজনিংঙাই ওইবা ফজরবা ফিদম-ফম অমা ঙাম্না লাক্নি।" হায়না থৌজানবিবগা লোয়ননা য়াম্না নুংশিনা হায়বীরগা অহুম রা ঙাংবা লোইশিনবিখিরম্মী অহুগা নুপী মচাশিংদা নুংমিৎ নিনিগী ছুটিগা পীবিরম্মী।

মতম অহুদা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলসবু ওঝাশিং অমদি নুপী মচা, ছাত্রীশিং অহুনা য়াম্না তরাম তরাম্না মতীক ওকপা ইকায় খুম্নবা ফজনা উৎখি। অহুদগী পূকচেল চাউরবা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস অসি, অতৈ স্কুল খরগী ইনস্পেকসন অমুক চৎখিরম্মী। অহুদগী নুংথিলগী মতম পুং অনিরোম তারকপগী অহুরাইদা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস অসি, মহাক্কী নুমিৎ অহুগী ইনস্পেকসন লোইরহুনা হল্লক্লম্মী। মতম অহুদা লোইবী সাইখোম চীংমায়গী

নাকন্দা, চাউরবা সিবোং লোকছাগী লোকপান অমদা, নুপা নুপী ময়াম অমা পুন্না সোসিয়েল ৱার্ক ওইনা লম্বী, থোংগী থবক য়াম্না কন্না শুরম্মী। মতুদা মথোইগী শুরিবা থবক্কী ভন্থাং-শিন-বাংনবা ওইবা ফজরবা ইশৈ ছেরেং অমথক নুপা নুপী ময়াম অতুনা পুন্না নুংশিনা শক্লম্মী। শক্লিবা ইশৈগী ছৈশক অতুনা ময়ামতুগী মপূক্লিং, মথৌনা অমদি মপাঙ্গল হাপকৎপা ওইনা থোক্লতুনা থোইদোক্লা শুরিবা থবক্কী অৱাবতু কাউনবগুম ইচম চম্না উরম্মী। ইশৈ অতুদি মখাগী অসিনি।

## ইশৈ

হয়াহৈ হোই য়াল্লো
য়াল্লো হৈ হয়াহোই।

লোইবী চীংমায় তেমতুনা,
য়াংদৌ লম্বী ফাৎলসি
তুংগী ফনবা শেম্লমসি।

কোরৌ মঙাল লৈরিঙৈ,
ঙমথুং হানবা তাম্লসি
'হানবনা মনা লৌনসি।

লময়ান পোরম কাঙবদা
ছুমাং লৈরিক থোকখিবা
পুনসি মুংশাং ওইগনি।

হয়েং ইনুংবু ঙাল্লগা
রাংলেন মৈশানা কল্লিরিঙৈ,
পান্থৈ থোংস্থ শাদোকসি।

তুংগী লমদাং তেলহনসি
চৎপগী খুদোং চাহনসি।

মতম অদুদা ময়ামদুগী মরক্তা ঈ, ও, এগ্রিকলচর, চাও থোক্ অমদি হাওবী চানুবা, হেড মিষ্ট্রেস অনিনা। শুরিবা লম্বী থোং অদুগী থবক লমজিংবগী শরুক লৌবা ওইনা উরম্মী মতুদা মতীক মগুণ চাউববা লোইবী সাইবোম চীংশাংগী খোং জাই নিংথৌ চোহাং অমস্থং মহাক্কী চীং-লেম্লবী বাণী মোলা হাওবী খুল্লাকপী অনিস্থ যাম্না মথরায় য়াওনা থবক শুবা য়াওবম্মী অদুগা ময়ামদুগী রাখন্দা। শুরিবা লম্বী থোংদুগী থবক অদু কুমিত্তুদা অদুম্মক নিংথনা মপুং ফানা লোইশিনগে হায়বগী থৌরাং ওইনস্থ উই।

অস্থুম্না, য়াম্না কো-ওপরেসন পীনদুনা ফজনা থরায় হকচা য়াওনা চীনুদুদা লম্বী থো শেম্বগী থবক চত্থরক্লিবা ময়ামগী সোসিয়েল রার্ক অদ্দা য়াম্না পেল্লদ্না পূকচেল চাউরবা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলসনা লুপা ৫০৲ (য়াখৈ) খক থবক্কী তেংবাং মনা ওইন পীবিখিরম্মী। ময়াম্নস্থ মদ্দা পূকচেল চাউরবা ইনস্পেক্টর সাহেবপু ঐখোইনা খক কাউজরোই হায়না মপুক্লিং য়াম্না হরাও নুংঙাইবা ফোংদোক্লখিরম্মী। অদ্দগী সাইবোম নিংথৌ চোহাং

অমদি রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিনা পোথাপোৎ হৈ-রা অথুম অহাও লকোইনচিংবা খরদং তরু তরুনা য়োমশিল্লগা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলসগী শরুক তমখি। মতম অদু নুংথিলগী পুং অহুমরোম তাশিল্লক্লে। অদুদগী ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলসনা তরাম তরাম্না সাইখোম নিংথৌ চোহাং অমসুং রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিদগী খুৎথেংননা হৈ-রা, অথুম অহাওশিংদু লৌরগা অদুম ময়ুম মায়কৈ পাংখিরম্মী।

নুমিৎ অসিদগী হৌনা অনৌবা লম্বী, থোংহুদগী মমিং মথং শিংনা "মৈতৈ লম্মাং লম্বী" সিবোং লোকপান অমসুং "লোকচপ থেন থোং" সিবোং লোকনুং হায়না থোনখিরম্মী। মসিদা লোকচপ থেন-থোং, সিবো. লোকনুং হায়বসি নুমিত্তুদা চাউরবা সিবোং লোকনুং অদুদা খরদং থেন ওইবা লোকচপ্তা খুদোং চাবা পাম্বৈ লৌতনা শাখিবনি হায়দুনা "লোকচপ থেন-থোং" সিবোং লোকনুং হায়না ময়াম্না খঙনরসিকো, হায়নখিবদগীনি। অদুগা খোংজাই নিংথৌ চোহাংগী অরাংবা পাল্লো চীংমায় নাপোম অদুবুনা "নুংশি-নুংওন নাপোম" সাইবোম চীংমায়, হায়না কৌনখিরম্মী।

মরম অসিদগী হৌনা মথং মথং তু গী চারোল শুরোলশিংনা পোইরৈ, মনিপুর সনা লৈবাক্তা লোইবী সাইবোম চীংজাওগী লমদমদা ইমোম নুংশি হাওবী চানুরা অমসুং ইমাক তম্বা চাওথোই অনিগী পুন্সি রারীনহৌবা ওইথ্রসনুকো হায়না মতীক মগুণ চাউরবা খোংজাই নিংথৌ চোহাং অমদি মহাক্কী চীংলেম্নবী রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিনা খোইয়ুম লাইগী থৌজাল নিজখিরম্মী।

অতুদগী মবামস্থ ঙাইহাক্কী মতম হবাও মুংঙাইনা। হৈ-বা, অথুব অহাওনচিংবা পোথাপোৎশিংছু চাত্নন। অব্রা পোথানখিবদ্মী।

অতুগা পোথানবিদৈঙ মতমত্নুদা চাওথোই অমস্তুং মহাক্কী মরুপ মপাং ৪। ৫ তুবু, মতাং চাবে লৈহল্লগে খল্লতুনা, হাওবী চানুরানা "তেংনৌপল ব্রোক তান্না হনখিবদা, অশোঙবা, অঙম্বা চৌং লম্বীনিনা শোযদনা থেঙথ্রনি, অমম অথেংবা নুমিদাংগী তাঙ্খা ওইনা থোক্লগনি। মতুনা তোবেল শাহিং-ঙাহিং পান্বা শ-কৈগী হৈনরবা লম্বেলদা মপা থোকউতুনা যাম্না খুদোং চাবরোই। কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই হাযবত্নুমক ওইকবনি। অতুনা যাববদি, ঙসি হাযবা অসিমতংদদি ইবুংশিং অসিবু পল্লহনখিনবা থীবাং অম ংখনবিববদি, ইবুংশিংগী অরাবা লৈ তবা ওইগনি নিংই।" অস্তুম হাযনা সাইবোম নিংথৌ চোহাংঅমস্তুং বাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিদ নাংমা নুমিৎ অতুমতাদ লৈহল্লবী বাফম অমা ওইনা হাযজবদ্মী মতুদা "চুম্মী ঙসিদি, ইচাশি অসি যাম্নস্থ রাত্নুনা চোকথনবদ্ম ন খল্লি। অতুনা নচন ওইবী, ইমোম নুংশি হাওবী চানুব অসিন হাযজবিবা রাফমাস অশেংবনি। মবম অসিনা ইচাশা! নশোংবু খুঙাইনবা নিংথিনা চাকম থককম পীগনি। ঙসিদি, অস্তুম লৈখ্রগ দবনিকো।" হাযনা সাইবোম নিংথৌ চাহাং অমদি মহাক্কী চাংলেম্লবী বাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিনা যাম্না মপুক্লিং হবাও-শিনা মচাদ মচাগুম ওইবগী রাথন্দা চাওথোই অমস্তুং মহাক্কী রুপ মপাং ৪।৫ অতুদা হাযজবীবদ্মী। মতাংতুদা মক ওইনা, হাওবী সুবা অমদি চাওথোই অনিগী মপূক্লি দা "ওইগদৌরিবা মঙং অসি,

হাক্কচবদা খুং থাজিনবগুম, ওসিদি মতম কুইনগী তুংদা, শীনহুনা য়াম্মা খোয়াংনা ভাইনয়ক্লবা তাঙ্গাবু পীংগিরে। মসি খোইয়ুম ইবুংঙো মহাক্না থৌজানবিরবনি। খুদোং চাবগী লম্বী অদু শোয়দনা কংনরগনি।" অমুম হায়না খোইদোক্লা হরাও-নু ভাইবগী ঈথক্ ঈপোম হৌরকপা রাখল অমা ইচাউ-চাউনা হেক পোক্লখিরম্মী। মহুদা চাওথোইনা "য়াম্মা ফরে ইপা সাইবোম নিংথৌ অমাদ ইমা রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিগী য়াইফ-থৌজাম্নি।" হায়না ফজনা থৌগল্লোল ওইবা অতগ্গা মরাহৈনা হরাওনা পাউ-খুমজরকই। অদুগা মতমসিদা চাওথোইগী মরুপ মপাং ৪ | ৫ অদুসু থৌগল্লোল খওবা রাহৈ খোনকম্ম। "য়াম্মা নুংভাইজরে। লোইবী সাইবোম চৌংজাওগী নিংথৌ, রাণী অমসুং ইচন হাওবী চানুরাগী মীনুংশি খওবিবা অমদি পূকচেল চাউবিবগী মমল য়াম্নবা খুদম্নি।" হায়না অদুম হরাও হরাওনা চাওথোইগী তেংবা ওইনা খুম্নকই। খুম্নকইবা চাওথোই অমসুং মহাক্কী মরুপ মপাং ৪ | ৫ সিগী ফজবা রাহৈ খোনকমগী পাউখুম খরাসি তাবদা মখোইবু লোইবী সাইবোম চৌংজাওগী নিংথৌ রাণী অমসুং মমোম নুংশি হাওবী চানুরা অদুগা অতৈ নুপী নুপা ময়াম অদুগী মপূক্লংদা থোইদোক্লা পেন্নবীরম্মী। অদুদগী অমুক ময়াম্মক হৌগত্তুনা ভাইহাক রাংলেনদং কম্না থরায় হকচাং য়াওনা শুমিন্নহুনা লম্বী, থো গীথবক অদু য়াম্মা মচু তানা, নিংথিনা মপূং ফানা, তরু তহেন্না লোইশিনগ্রে।

নুমিৎ অসিদা, খুদোং থীরবা চৌংনুংগী লমদম অদুদা লম্বী থোংনচিংবা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক থৌরম পরেংদা, কয়াগী মতীক

থরায় হকচাং য়াওনা অমসুং অন্না-অনা খিদনা, পুকচেল খোই-জেল অমতা ওইনা খোরকুনা মথৌনা কনা গুমিন-নোমমিন্নরিবা, অসিগুম্বা লোইবী সাইবোম চৌংসুংগী চৌংমী ইচিন ইন্নাও, ইচে ইচন পুন্নমক্তুবু অউবা অমদি অতাবা কনানা থাগত্তবা ঙমগদগে? মতুনা লমদমতুগী য়াম্না থুনা চাওখৎলকপগী মক ওইবা মমীতুদি অতুম্মক হেক্তা উবা ফংলে, থীল্লরোই হায়রদা, করিমতা তেন্না খোইনমুক হায়মনবা খোক্লোই হায়না খল্লি। অতুগা হায়রিবা ঈ, ও, এগ্রিকলচর চাওখোইগী মরুপ মপাং ৪। ৫ তুগী মনুংদা মীশক ২দি তেংনৌপল ব্লোক্কী এস, ঈ, ও, অমসুং ভি, এল, ডব্লিউ, ওইরম্মী, অতুদগী ২। ৩ না তেংনৌপল খুঞ্জাদগী চাওখোইগা চুন্না তিন্নবা মরুপ্নি। হায়রিবা মীতাংশং আস হান্নদগীসু অসিগুম্বা শেমগৎ-শাগৎপগী হীরম খুদিংমক্তা য়াম্না সোসিয়েবল ওইরকপা ঙাক্তনি।

---

# পন্দুপ ঙগুবা

নুংথিল নুংমদাংরা-রমগী কৈথেল মী ঙুং ঙুং ওমখৎলকপা মতম্নি। মতমসিদা, অরোনবা রাকম পংকুং কুংনা খুপ্পুনা থম্বা য়ারক্তে হায়রতুনি। তোটেল অমদি লম্বী সরোক্তা মীনা লোন্না অমসুং কোংনা ঙাংনা-শানরকপা রারী রাকম ওইনা তৌই। মসি, কনাগুম্বা অচৎ-অওক্কী মচিন্দগী অসুম হেক্তা খঙন-ভানরকপা ওইরম্বা য়াই। মতুদি:—তেংনৌপল ব্লোক্কী ঈ, ও, এগ্রিকলচর

চাওখোইনা চীংগী খোংজাই মুপী লৈশাবী অমা শোয়দনা লোগদোরে।" হায়রবা অসিনি।

রাকম অসি, চাওখোইগী মপা মমা, থানিন অমসুং তোম্বীরৈ অনিগী মনাকোংদা তশেং-তশেংনা তারে। মীনা ভাংন-শক্লরকপা রাকম্নিনা থানিন অমসুংতোম্বীরৈ অনিগী মপুক্লিংদা চিংনদবা ভয়রক্তে। তশেংনা অওইবা রাকম্না হায়বদু নিংথিনা মুম্না খঙনিবা পোক্লক্লে। অদুদগীদি, থানিন অমসুং তোম্বীরৈ অনিনা য়াম্না মুম্না খন্নরবা অমসুং নৈনরবা মতুংদা মচা নিপা চাওখোইদা থুনমক কোন তৌদুনা রা হংবা লেপ্পরে। অদুদগী নোং হেক ভানবগা পোষ্ট ওফিসতা চত্তুনা অসুম্না রাহৈ খরদং কোন তৌখিরম্মী।

ঈ, ও, এগ্রিকলচর

তেংনৌপল রোক।

**চাওখোই!**

লৈবাক্তা ভাংনরিবা রাকম অসিনা অচুম্বা রাকম অমা ওইরবদি, নপুক্লিংদা করিমতা চিংনবা অমসুং কিবা তৌগনু। নিপা মচা থোক্পা হুমিৎ অকবা অমা য়েংলগা নমাং থানা হেক্তা পুতুনা লাকমিন্নৌ। মৈতৈ ইজাতীগী চৎনবী সমাজগী মতুং ইন্না শোয়দনা লুহোংবিগনি।

হায়রিবা রাকম অসি, নমা অমসুং ঐগী অয়েঙ্গা রাশক্লি।

নহাক্কী—

**শ্রীথানিন সিংহ।**

ফোনগী রাক্ম অসি হেক ফংবগী খুদক্তা চাওথোইনা, মপানা হংলিবা রাক্মম্নি খঙলদ্রনা নোঙ্লক্লা অস্নুম্না পাউখুম পীজরকই।
খুরুমজরি।

পাবুং অমদি ইমাগী য়াথং ইঞ্জগনি। রাখল থেল্লিবা তোল্লবা নচাবু ঙাকপীবা নিজরি।

ইমা, পাবুংগী
নচা
শ্রীচাওথোই সিংহ।

মতৌ অস্নুম তৌনা মতম অসিদা, ফোন্দা রা ঙাংনবা লোইশিনখিরম্মী। অদুদগী থানিন ময়ুমদা তন্না অদুম হল্লক্লম্মী। অদুগা খুদক্কুদা তোম্বীরৈস্নু থানিন্দগী মচা নুপাগী পাউখুম লৌজরম্মী।

ফোন্দা চাওথোইনা খুল্লকপা রাহৈ খরসিদগী থানিন অমস্নুং তোম্বীরৈ অনিনা অদুম লৈবাক মীয়াম্না ঙাংনরকপা রাক্মদু অদুম্বনি হায়না লৌরম্মী। অদুদগী মতৌ করম্না মৈতৈ সমাজগী মরক্তা তিনবা য়াগদগে হায়বগী রাখন্দা ঙাইহাক থানিন, তোম্বীরৈ অনি থোইদোক্লা অরাবগী শরুক ওইরম্মী। অদুদগী থানিন্না অস্নুম্না হায়রকই ঃ—"মতম অসিদা মথোই অনিবু ইচানি, ইমৌনি হায়দুনা করম্না হেক্তা পুশিন্দুনা লৈমিন্নগদগে? লৈবাক সমাজগী চংনবী পলবান লানবা থোক্লবদা, করি ফজনিংঙাই অমদি লৈম্নিংঙাই ওইরিবা? মসি খল্লুবদা, অরাবনি। হাই হাই ওন্থোকপনিদকো, আঃ লাইমা রাখল থোল্লদা ইপাগী চাওথোই।"

মসিদা তোম্বীরৈস্থু, "ইস ওম্বোক্সা রাখল থেল্লিদকো ইমাগী চাওথোই নহাকসে! ওম্বোক্সা য়াম্না মীনোক চাউরিবা মৈতৈ লৈবাক্কি চাংবগী করিগুম্বা রাখল অমতা লৈখিদ্রবনিকো! আঃ ইমাগী চাওথোই ! নহাকপু ইচা নত্তে হায়বস্থু য়াবা নত্তেকো। নহাক্না শাগৈ নাতৈ চেন্থহনবা, অমদি মরুপ মপাংগী মমাংদা চাং তাহনবা হায়বদু থোকহনগদৌরি। খল্লুবদা ইকাইখ্রেদকো ইমাগী চাওথোই!" হায়না হায়রকই। অদুদগী থানিম্না মতম অসিদা, ওাইহাক রাখল তৌরগা অমুক্তা হায়রকঃ :—"ফরে, তোম্বীরৈ! থোক্লবা লাক্কনি। হয়েং মতম মতমদুদা কৈরোই-লৈকাই অমদি লৈবাক সমাজগী রায়েল চৈরাক মতুং ইন্না অদুম চথবা হায়বদুনি। মসিদা নং ঐনা থোইদোক্কা রারুনিংঙাই লৈতে। অসিগুম্বা মতাংসিদা, চীং অমস্থুং তম্বু অমতনি, মণিপুর ইরৈবাক্কি, অস্থম হায়না চুন্না খন্থরুরবদি, হাও, মৈতৈ হায়না জাতী তোঙান তোঙান্না অমক খায়দোকলুবদা, ঐখোইবু য়াম্না রাখল লৈতবা, অমস্থুং পূকচেল পীকমনবা মীশক হায়বদু শোয়দনা ওইগদৌরিবনি। মরম অদুনা মসি থোইদোক্কে হায়না নিংথিনা লৌবনা চুম্বা ওাইদা।" অস্থুম হায়না থানিনগী রাখন্দা রারুনিংঙাইগী মচাক্ক খরা খজিক্কুং ময়েং তাহনবা থোকহল্লম্মী।

থানিনগী রাফমসি তাবদা তোম্বীরৈস্থু "অহোই মুন্না খন্থরুরবদি, অচুম্বনি হায়বিরিবদু। পামজদে হায়দুনা হেক চেনবা য়াবা মতাংদু ওইরোইদবনিনা। মসিদা তঙাই ফরক্ক্রবদি, করমদি তৌনি। ইচানিনা হুন্দোকলুবস্থু খক য়ারোই। লৈবাক সমাজনা

ইস্থোক্লবস্থু ঐখোইগীদি ইচানিনা অদুম লৈমিন্নবা মশানা তান্নবনি অদুগা মতম্মদুদা, কৈরোই-লৈকাই অমদি লৈবাক সমাজগী মীনোব মৈশা খরদংদি শোয়দনা খাঙবা তাবনি। মদুদং খল্লুবদ খজিক নুংঙাইতে।" হায়না পূক্নিং রাখল মান্নবগী রাঙাং রাফম ওইনা খুমজরকখি।

অস্নুম্না থানিন, তোম্বীরৈ অনিমক মচা নিপা চাওথোইগী মরমদা তুংদা থোক্লগদবা থৌদোকী চাউরাকপা রাখল খরদ খন্নখিরম্মী।

অমরোমদা চাওথোইস্থু মতমসিদা, রাদবা নত্তে। মহাক্কী মমা-মপা অমস্নুং কৈরোয়ই লৈকাই, লৈবাক সমাজগী খল্লুবদা অরাবা অমদি অকিবগী রাখন্না কুপখিরম্মী। অদুম ওইনমব মহাক্কী মুংশিজরবী হাওবী চানুরাবু থাদোকপা হায়বসিস্থু অমুব অরায়বা ওইদে। মসিমস্থু চাওথোইগী মপুন্সিদা খক ওইথোক্ল রোইদবনি। কয়াদা লুপ্রবা মতাংসিদা, চাওথোইগী রাখল নুং অনিগী মরক্তা ওইবা হাগুম অরাবগী মতাংনি। অসিদস্থু নত্তনা মরূপ মপাংগী অমুক খল্লুবদস্থু থোইদোক্লা ইকাইবগী মৈশাস্থু লাংলিবনি। মরমদি অসিঙ্গুস্বা থবকসি মৈত্রবাক সমাজগী চৎনবীদা খক ওইথোকখিত্রিবনা।

থৌদোক অসিদা, চাওথোইগী রাখল অমুক্তা নিংথিনা চাংদম্নবীয়ু। কৈরোই লৈকাই, লৈবাক সমাজগী রায়েল চৈয়ারুবু কনগন্দ্রা? হাওবী চানুরাবু মুংশিবগী মৈচারুবু হেনগন্দ্রা? অদুগা মতমসিদা, মনুংদা অতৈ অতোম্না মহাক্কী য়েক্লবা কোন্সাইস্থু

থোইনা লৈরম্মোই হায়বা য়াদ্রি। মথোক কারকপা মতম হায়বসিদি, কনানা খঙগনি ? থোইদোক্না খুদোং থীনিংঙাইনি।

---

## পন্দুপ ৭শুবা

চাওথোইনা, ফোন্দা হায়রকপা মমা মপাগী রাকমশিংহু পুমিৎ তরেৎ নিপান্নিদং চুপ্পা য়াম্না মুন্না রাখল তৌরবা তুংদা, মগাক্কী নুংশিজরবী হাওবী চানুরাদা থাঙ্গৈশেংনা খঙহল্লম্মী। অদুগা মহাক্না খুমখিবা রারোল রাকমস্থু চুম্না অদুম হায়দোক্লম্মী। মদুগী মতুং ইন্না ফোংনা হেক্তা মৈতৈ সমাজদা তিন্নবা খন্নরকপদা, হাওবী চানুরাস্থু মতমদুদা থোইদোক্না ইরাইবক ফবনি, তাকপীরিবা রাক্রমসি। অদুবু অরাবদি হয়েং মতম অমদা, নচন হাওবী চানুরাবু হরাও হরাও পোইরৈ তমদা কুম্নগা মৈতৈ সমাজ লক্তা তাথী-তাওহীবা মিৎয়েংনা হস্থনা য়েংবিরোইদ্রা অমদি লোইবী চাংনুংগী লমদমসিদা, শেমগৎ-শাগৎপগী থৌরাং কয়ামুক মপূং ফাদ্রিভৈ, হল্লকপগী রাখল লৈবিরিব্রা ? হায়না রাহংসিদং মপূক্কিং পুংশিনা মমিক্তা পিরাং চেন্না হংজরকখি। মতাংসিদা চাওথোইনা, "করি রানো, নুংশিরবী ইচন হাওবী চানুরা! মদুগুম্বা রাখলহু খক খল্লুগনু। ঐবু পোকপা ইপা ইমানা মরম অসিদা য়াদুনা রাশকপীথ্রবা, করিগী মিৎয়েং অমতং ওইনা নুংশিনা য়েংলোইদগে ? রাশক্তু শোয়দনা ঙাকক্ষম থোকই। অদুগা পুন্সিদা শিন্থা ওইগে

লেপপ্পবা থোৱাংবু লোইদ্রিবেঁ, করিগী হল্লক্লোইদগে ? য়াম্রিমখে থুনা হল্লকনি ; ইথৌনি। মহুগীদমক্তি করিমতা রাকুগনু, হৌজিক্কী অমদি তুংগী ইরৈবাক অমসুং ইজাতীগী য়াইনকবা মায়কৈদা ঙম্বা মখে মিৎয়েং অমতংগী রাখল লৈগনি।" হায়না চাওথোইনা, হাওবী চানুরানা হংজখিবা রাহংগী পাউখুম পীবিরম্মী। অহুদগী হাওবী চানুরা, মপূক্লিংদা করিমতা চিংনজবা লৈতনা, অহুম য়াম্না হরাও হরাওনা তুংইঙ্গগনি হায়না য়াজরম্মী।

অহুগা রাকমসিগী মরীদা সাইবোম নিংথৌ চোহাং অমসুং মহাক্কী রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপীনসু ফরে ফরে, নখোইনা নিঙজবা হীরম খুদিংমক নমায় পাক্লা পাঙথোকচরুরো হায়না মপুক য়াম্না হারও নুংশিনা হায়বীরকখি। অহুদগী লুহোংবগীদমক নোংমা তেংনৌপল রোক্কী বি, ডি, ও, দগী নুমিৎ তরেৎনিগী ছুটি লৌরগা চাওথোই অমসুং হাওবী চানুরা লোয়ননা খোঙশান-মিন্নরক্লম্মী।

মতম অহু নুমিৎ তারমদাইগী মতম্নি। মখোই অনিনা লোইবী মোলাং চীংমায় নাপোমদং হেক লাম্হোরকপদা, খোংজাই হাও-পাখঙ তরুকখক চীংখাং লম্বীদা থেন্দুনা লৈরম্মী। মখোইগী মরক্তগী মৈবুরা কৌবা অমনা "হো হাওবী চানুরা! ভাইখো, হৌজিক নহাক্কা চৎমিন্নরিবা নিপাহু কনানো ? কদাইদা চৎলিবনো ? রারোল শেংনা নপাউ চুম্না খুম্মু।" হায়না য়াম্না উশিৎ থৌওইদবগী খোনফম্না হায়রকই। মতমহুদা হাওবী চানুরানা অসুম্না চুম্না খুমখি :—"হৌজিক চৎমিন্নরিবা নিপা অসি,

নচন ওইবী হাওবী চানুরাগী পুন্সি থরায় ওইরবা মীশকনি। ঙসি, আ মৈতৈ তম্পাক্কী লমদমদু পাংজগে।"

হাওবী চানুরাগী পাউখুমসি হেক তাবদা, মৈবুরা খোংজাই হাওবসি শাউনা তকসি সোন্দুনা হায়রকই:—"আঃ করি? নপূক শেংউ, লোইবী সাইবী সাইবোম নিংথৌগী মমোম নুংশি হাওবী চানুরা! ঙসিদি, খঙগনি। লোইদাম থাজ কয়াগী মমাংদগী লোম্না থুপ্না অমস্তুং নিংথিনা ফোংনা নহাকপু কয়া কয়া থেম নৌদুনা ফজনা লেম্না হায়বদা অমুক্তসু য়ারক্ত্রবী হাওবী চানুরা। হৌজিকমক খুৎ শম্নরিবা নিপাদু থাদোক্তনা মৈবুরা ঐগী ইমাংসিদগী য়াম্না খোঙলৈ থুনা মতোমতা চৎহনখ্রো। অদুগা নপূক অদু য়াম্না হরাও-নুংশিনা মঙোন্দা ইনবগুম মৈবুরা ঐগী ইভুং ইল্লু। নত্রবদি, অরেম্বদা নখোই অনিমক্কী য়াইবী নথরাই মাঙজগনি, মসি খঙউ।" হায়না মৈবুরা খোংজাই হাওবসি, মফৈবাক অনিদা কারন-তুরন শেৎ-শেৎ ফুদুনা তমথীনা অশাউবা উত্তুনা পরপ-পরপ চংশিলক্লম্মী।

মতাং অসি, হাওবী চানুরা অমস্তুং চাওথোই অনিগ মপুন্সি থোইদোকনা হায়নিংঙাই লৈরক্ত্রবা অরাবা লাংওনগী ফিবম্নি। লোইবী চীংমায় নাপোম থুংনা কোয়না খঙহৌদনা খাম্বী মৈরায়-রক্লবা মতমদা, শিনিংদবদগী য়াইবী মথরায় পুদুনা চেনগে হোৎনরকপদা, চেনকম লৈরকত্রবা য়ারৌ শঙাই লাবা অমোমগী পাদমগুল্লম্মী। অদুমকপু মতম অদুদা চঙশিল্লক্লিবা মৈবুরা হাওবগী অশাওবা খোঙকম অদুদা হাওবী চানুরানা য়াম্না ইচঙ থৌনা

হায়রকই :—“তপথখো, হাওব নংবু কনানো ? নশক ফাওবা খঙদে। হৌজিক মৈতৈ জাতী লক্তা শীংজগ্রবী, মতীক মগুণ চাউরবা, লোইবী সাইবোম নিংথৌগী মমোম নুংশি হাওবী চানুরাদা অতুক নাপল কানা অকন অরিং, শীংতুনা কিহনবা অমদি ইকাইনবা মঙং খক উৎকনু, তুকচৈ। মতু নুপা মচা অমগী থোইদোক্না অরেম্বা থৌনানি হায়নিংদে। অতুগুম্বা তমথীরবা শাগী লিচৎ অতুনা নচন ওইবী হাওবী চানুরাগী লম্বী থিংবিগনু। য়াম্না লেম্না লম্বী থাদোকপীয়ু। অরেম্বদা, খোঙলৌ কিশি থাংতুনা মতম মাঙহনবিগনু।” অতুগা মতম অসিদা, চাওথোইস্মু নিপা মচাগী থৌদাং ওইবা রাহৈ খরদং অম্মুম্না শমথরকই :— “ঙাইখো, হাওব ইচিন ইন্নাওখোই! শাউবিখিনু। হৌজিক ইনাক্তা লেপ্লিবী, লোইবী সাইবোম নিংথৌগী মমোম নুংশি হাওবী চানুরা কৌবীসে, চাওথোই ঐগী পুন্সি খোঙলোই ওইয়ু তমগ্রবনি। অতুনা করিগুম্বদা চাওথোইনা মহাক্তী নুংশিজরবী হাওবী চানুরাবু খক থাদোক্নুনা চৎখিরোই হায়বসিদং খঙবীয়ু। অতুনা ঙসি. ঐখোইবু কিহনবগী মতম অতু হেনগ্রে।” হায়রগা চৎলগে থৌরাংজরকপা খুৎদক অতুমক্তদা, মৈবুরানচিংবা খোংজাই হাওবশিংতুনা অমুক্তা হেন্না তমথীনা অকন অরিং শীংতুনা খুজেং পালোইনজরিবা হাওবী চানুরা অমস্থং চাওথোই অনিবু চীং, তম মরী লৈনবা য়ারোইগী মতাগুম, তোঙান তোঙান হেক তাহনখিরম্মী। অতুদগী চাওথোইবু মখোই খোংজাই নিপা মরিনা মখোঙ মখুৎ লেঙ ওৎপা ঙমদবা মখৈ শাথীনা পুনশিল্লম্মী। অতুগা নুজা ওইবী হাওবী চানুরাবুনা মৈবুরাগা খোংজাই অমগনা মখুৎ

নাম, নাম পায়রগা হুইগং থাংলবা হুইগুম চিংহুনা পুরগে তৌবকপা তাঞ্জাহুদা, চাওথোইনা য়াম্না থম্মোয় শোক্লা হায়রকই ঃ—"আঃ ঐগী নুংশিরবী ইচন হাওবী চানুরা ! ৱারোগনুকো। মসি চৈদবা লীচৎনি, অদুবু মৈতৈ নবুংগী মতমসিদা পাঙ্গল লৈখিদ্রে। অসিগুম্বা চাওথোইগী ৱাফমসি তাবদা হাওবী চানুরা, থোইদোক্লা মমিত্তগী পিবাং তরং তরং চেল্লহুনা পাউখুমজরকই ঃ—"মৈতৈ নুং ! নুংশিবিহুনা, ইরাল লৈজদ্রিবী, লাইবক গীরবী নহাক্কী নচন হাওবী চানুরাবুস্থ ৱাবৌবিগনুকো। অদুগা অরোইবদা, থৌজাল-লহুনা হয়েংমক্কী মপোক লাংওন অমদা তোল্লবী নচন হাওবী চানুবাবুদি কাউবিদবা, মসিদং নিজরি।" হায়না হাওবী চানুরা, চাক্লা হীক্লা কপচরকখি।

অম্মুম্না লোইবী মোলাং চীংগী চীংখাওদা, সাইবোম নিংথৌ অমস্থু বাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিগীদি মমোম্লোই, হাওবী চানুবা অমসুং তম্বা চাওথোই অনিগী মপূক্লিংদা পঞ্চীরমদাইগী অবোইবা পুংজাহু লাক্লবোই থল্লহুনা, মিৎলু নাপোম মরিদা কায়নবগী পিবাং শিন্তনবহুনা য়াম্না থম্মোয় শোক্লা নুংশিনবগী পম্থেং মতোল লোম্না পুকমেন পামেন্নজে।

ওন্তোকপনি, মথোক কাবকপা পুন্সিদা হাওবী চানুরা অমদি চাওথোই মখোই অনিগী থাক অসি য়েনা নুংশি লৈপুন ওইনরক্ল-বসিবু তমথীরবা খোংজাই হাওব তরুক অহুদদি করি মতা মীনুংশি খওবগী থম্মোয়হু য়াওখিদ্রবোই ! অদুক্কী মতীক থোইদোক্লা কা ইম্না অরাবা পীহুনা লাক্লগা মখোইগী থম্মোয়হু পেনগনি অদুগা

হাওবী চানুরাবু শোয়দনা লৌগনি হায়বসিনা তমথীরবা মৈবুরা খোংজাই হাওবগী তুরুচনবগী মশক ওইরবা শয়ৌ লিচীং অমা ওইরম্মী। অদুদগী "তুমিন লৈয়ু হাওবী চানুরা! নচীন পেৎ-পেৎ থীদুনা চোইরোল লোল্লগনু। হৌজিক মতম অসিদা নংগী মুংশি-জরবা তম্বা চাওথোই অসিনা নহাকপু কনবীবা করিস্থ মতীক ওইরোই। অদুক মচীন থীদুনা নমাংদা চোইঙাং ঙাংজশাবনি। মহাক্কীস্থ খঙগদবা ঙাইহাক মঙাইরে। অদুগা নংগী মতীক মগুণ চাওরবা সাইবোম নিংথৌ অমস্থুং রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী, মখোইনা করিবু তৌজরগদৌরিবা? খল্লুবদা, ওস্থোক্লা নোক্লিংবা; তানিংদবা রাকম ঙাক্তনি। অদুনা হৌজিক পুম্নমক চপ চানা খঙগদবা লৈরে; কাম্নরোই হাওবী চানুরা! নিংথিনা নশানা য়ানা হরাও-হরাওনা চৎকদবনি। নত্রবদি" হায়দুনা হাওবী চানুরাবু মচিন ফিবুল নম্নগা য়াম্না থুনা য়াঙনা শোঙলবা অকৈবা উরক লম্বী মচা অমগী মনুংদা চিংশিনখিরম্মী। অদুগা চাওথোইবুনা খুদক অদুদা, শাহিং-ঙাহিং চাবা শওম কৈগী মচিঙ্গাক ওইথ্রসনু হায়না ঙম্নবা তিংখংতনা শৌ-শারবা শুক্রবা লোক্লুং অমদা ইন্থরগে থৌরাংলক্লে। মতুদা থোইদোক্লা হাওবী চানুরা খাংঙমত্রবা অরা মুংশি মৈশা লাংজখিরম্মী। অদুগা থোদোক অদুদা চাওথোইস্থ মহাক্কী থম্মোয়দ্র মচেৎ মচেৎ তানা কায়খিরম্মী।

মতমসিদা, খঙঙমত্রবা থোইয়ুম লাইগী থৌজাম্নিবু হায়গদ্রা? ইখঙ-খঙহৌদনা মরিং হাও নিপা তরামরি মঙারোম মখুত্তা থৌরবা লাংশোইতা অমমম পায়রদুনা য়ারৌ শাদাল্লুবা হল্লকপগুম মখোইগী

লম্বীতুদা লাক্তুনা তুকচনবগী মশক ওইরবা তমথিরবা থৌদোক অতু হেক থেংনরম্মী। মতুদা মরিং হাও নিপা তরামুক্কা মখোইগী লাংশোইতাতু উক্তুনা চাওথোইবু পুল্লিবতু, "হৌজিমক থাদোকউ" হায়তুনা থাদোকহল্লম্মী। অতুগা খুদক অতুমক্তদা মরিং হাও নিপা মরি মঙা অমনা হাওবী চানুরাবু উরক লম্বী মনুংদগী পুথোরক্লম্মী। অতুগা হাওবী চানুরা অমস্তুং চাওথোই অনিবু অমুক হন্না খুজেং পালোইনহল্লম্মী।

অসিগুম্বা থৌদোকসিদা, হাওবী চানুরা অমদি চাওথোই অনিমক য়ান্না ঙক্লবা মঙগুম থোক্লম্মী। অতুগী তুংদা করি অমুক তৌরকখিগদগে হায়বতুস্তু খঙলমদে। মপূক্লিংদা চিংনবগী অয়োইবা লৈতনা অরাবা অমস্তুং অকীবনা থল্লম্মী। অতুগা মতমতুদা খোংজাই হাও-নিপা তরুক অতুস্তু থৌওংতুদা কিবনা থক-থক নীক্লম্মী। মতমতু অমম্বনা চীংমায় নাপোম পূম্নমকপুস্তু পুমকুপ কুপশিল্লকপা মতম ওইরম্মী। অতুদগী হাওবী চানুরাবু উরক্তগী পুথোক-পীরকপা মরিং হাও নিপা মঙা তরুক অতুনা হাওবী চানুরা অমস্তুং চাওথোই অনিবু "হৌজিক্তি অরাবা অমদি অকিবা করিমতা লৈরুরনু চৎলসি।" হায়না মকমতুদগী য়ান্না থুনা য়াঙনা পুথোক-পীখিরম্মী। অতুদগী ইকুই কুইদনা মোরে সোয়োক য়োরম্মী। মতু কাওবদা হাওবী চানুরা অমস্তুং চাওথোই মখোই অনিমক থাঙ্গেশেংবা মমঙগুম পুমঙক ঙক্লা থোক্লম্মী। মতুবু মায়কৈ কদোমদা লাকখিবনো, কনানা মকমতু তান্না পুবিরক্লিবনো হায়বতু করিমতা খঙলমদে। মতাংসিদা, থাজগী মঙালদি থরদং

চীংমুংদ্‌দা ঙাম্থোক্লক্লম্মী। মতুদা লমদমতু তেংনৌপলগী লমদম্নি, মোরে সোরোক্লি হায়বা চাওরাক্লা খরদং খঙলম্মী। অতুদগী হাওবী চানুরা অমদি চাওথোই মখোই অনিমক খজিক মঙাল-মশা ওইনা তাইবংবান মতৌ লাংওন অমা ওইরম্মী। মতম অতুদা হায়রকই ঃ—“ঙসি ঐখোইবু শিরুরবা, অরাবা অমসুং অকীবদগী কনবীরকপা অসিগী লমন, করিনা শিংজগদগে ?” রাহংসিগী পাউখুম “কাউদবতনা লমন শিংবা শকপনি” হায়রম্লগা মরিং হাও নিপা মঙা তরুক অতু উনা উনা মনাক্তগী অতুম থাবলগী ঈপোম মরক্তা মাঙথোকখিরম্মী।

অতুদগী তাঞ্জাদুদা অমুক মশক-মতৌ য়াম্না ঈংনা ফজরবী, ফিশেৎ লৈতেংসু নিংথিরবী শকওই অমখক ইনক নক্লা চীংমায় নাপোম অমদা থোইদোক্লা চীং-লেম্না থোরকপা হেক উরকই মতুদা মহাক্তুবু হাওবী চানুরা অমসুং চাওথোই অনিগী মপুক্লিংদা “অহিংগী চীংমায় লাইরেম্বী” হায়বতুরা হায়না চপচানা রাখল খল্লম্মী। অতুদগী খঙহৌদনা তুজুং-মাঞ্জুং ফংনা অকিবা পোক্লকই : মতমতুদসু “কনবীরকইবনি অরা-ঈপাক্তগী” হায়রম্লগা অতুম্মক ঙাইহাক্তুদা য়েংনা য়েংনা মিৎয়েংগী রাংমদা লোইবী চীংদোল লোমখিরম্মী। অতুদগী তাবদা, ওন্থোক্লা মিরবা ইশৈগী মুংশিরবা খোঞ্জেল অমা মতমতুদা য়াম্না ঈংনা তপ্পা মালং শউম লক্তা য়াওরক্লম্মী। য়াওরক্লিবা ইশৈতুদি মখাগী অসিনি।

# ইশৈ

কনবীরে অরা ঈপাক্তগী
নুরা পাখঙ অনিমক,
ঙসি কোরৌ নোংলেন্দা
মপাগী নোংদম ওইবনা।

থুংনজো অপাম নুংশি
য়েক্ল খুরৌ লৈতনা,
পুন্সি পম্থুং তানবদা
তাইবং মপোক লাংওন্দা।

অস্থুম্না মালং তাম্থাগা লোয়ননা লাকখিবা মিরবা ইশৈসি হেক তাবদা খঙহৌদনা হাওবী চানুরা অমস্থুং চাওথোই মপূক্লিং য়াম্না নুংশি নুংওঞ্জখিরম্মী। অদুগা মথোই অনিগী মমিৎ মরিদগী অতৎ-অথম নাইদনা পিগী ঈরা তরং তরং শিন্থরকখিরম্মী। অদুদগী মতমসিদা, মোরেরোমদগী হরা-গাড়ী অমা লাক্লুনা অদুম হাওবী চানুরা অমস্থুং চাওথোই অনিসি লাক্লিবা হরা-গাড়ীদু খাল্লগা থুনা তোংখংখিরম্মী। অদুদগী হেক তোংখংপগা হরা-গাড়ী মথুং-দুদা খঙহৌদনা সিটতা ফম্ম-ফম্ম অদুম খোম্লেন তুমখুল তানখিরম্মী। মতমদুদা হাওবী চানুরা অমস্থুং চাওথোই অনিমক ব্রক্ষা রোডতগী অরাং নোংপোক পাংখিবা লাংঙথেন চীংছামক্তা হেক শম্নবা লোইবী চীংগোল অমগী খুরবা খোঙ লম্বী মচা অমদগী ওইনা, অস্থুম অস্থুম লাংথবান চীংজিন তাম্না থোকচরক্লম্মী। মতম অদুদা

মখোই অনিগী মছাহু য়াম্না চোক্‌থরম্মী। অদুগা রাখল অমস্তুং মিয়েংদদি, থোইদোক্লা মপূক্লিং য়াম্না নুংশি-নুংওম্না খা-নোংচুপ পাংবদা লয়েন লৌশি পাৎকী লমদম্সু তশেং-তশেংনমক উজরকই। অদুগী মথংদা অরাং-নোংচুপ পাংনা অরাপ্পদা, পোইরৈ খোংজোম্নচিংবা খুণ্ডা কয়ামরুমস্তু মথং মথং অমুক তাম্না তাম্না হেক উরক্লে। মতমদুস্তু হাওবী চানুরা অমস্তুং চাওথোই অনিদা, থাবল করবা অহিংগী, চীক্লবা রাংলেন পুংজানি হায়না খল্লম্মী। অদুগা মপূক্লিংদা তুজুং-মাঞ্জুংবা অমস্তুং অকী-অরাক্কী রাখন্দি থোইদোকপা পোক্লমদে। অদুদগী ঙাইহাক রাংলেন্দং অরা পোথারগা অরাং মায়কৈ পাংনা ব্রহ্মা রোডকী মতুং ইন্না অমুক তম্না য়াংদা খোঙদোই হুনমিন্নৈ। অদুগা মমৈ থংদা মীয়াম তিন্নদুনা খৎন-চৈনবগুম্বা অমনা তমগী মীওই কয়ামুক পুল্লগা হরাও নুংঙাইমিন্নবা অমস্তুং নুংশিনবগী মতৌ লাংওনগুম্বস্তু উরম্মী। মতাং অসিরাইদা অদুম হাওবী চানুরা অমদি চাওথোই অনিসি মঙফাওনরক্লে। মদুদগী ওইখিবা থাঙ্গৈ-শেংবা মঙলালগী থোদোক্লা মখোইগী তুংগী পুন্সিদা করি ওইনা অমুক লাক্কদোরিবা, খল্লুবদা মসি অঙকপনি। অস্তুম্না রারীনৈ রাখল তৌনৈ।

নুমিৎ অসিদা, হাওবী চানুরা অমস্তুং চাওথোই অনিগী মপুন্সি, কয়াগী মতীক অর্রাবা, খুদোং থীবা হায়বদু ওইগ্রবা অমদি তুজুং মাঞ্জুং ফংলবা অকীবা অমস্তুং অঙকপনা থনগ্রবা থৌদোক কয়ামরুমদগী মমৈথংদা খোইয়ুমগী থৌজাল ফংজদুনা অর্রাবা অমস্তুং অকীবদগী নাম্থোক্তুনা মরাইবক কবা ওইনা

থোকখিরম্মী। অদুগা মতুংদা মখোই অনিগী ফিভম অসি, করি অমুক লাকখিদোরিবা! মদুস্থু খোইয়ুম ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল অদুম্মক পীনবিসনু। মসিদা খোইয়ুম ইবুংঙো মহাক্কী থৌজাল নত্তনদি মপুগী তাইবংপানসিদা পোকচবগী থোইদোক হেন্দোক্লা মহৈ য়ানগনি হায়না থাজরুদে।

---

# পন্দুপ চগুবা

কোন তৌনখিবা মতুং তরামঙানি গুবা নুমিৎনি নুমিৎ অসিদগী নুমিদাং অথেংবদা তেংনৌপল রোক্কী ঈ, ৺, এগ্রিকলচর চাওথোইনা মহাক্কী নুংশিজরবী হাওবী চানুরা কৌবী অমগা লোয়নননা থৌবান্দা থুংলম্মী। মতম অদু অহিং নোংয়াই মতুং পুং অনিরোম তারকপগী মতম অদুম ওইনা থোক্লম্মী। অদুদগী চাওথোই, ঙাইহাক রাখল তৌরগা তঙাই ফরক্তুনা মহাক্কী চান্নবা মরুপ চানম তাথোইগীদা চঙতুনা নুমিত্তুমগী য়ুমথুং ওইরম্মী। মদুদগী নোং হেক ঙানবগা চাওথোইগী মমা মপা থানিন অমস্থুং তোম্বীরৈ অনিদা তাথোইনা পাউসি পীরম্মী। পাউসি হেক পীরুবদগী থানিন, তোম্বীরৈ অনিমক "ফরে থোক্লবা অমা লাক্লনি। অদুনা ইবুংঙো তাথোই! নহাক্কীদা অদুম নোংমা নিনিদং অদুক থমখিসি। কৈরোই লৈকাইগী অমদি লৈবাক সমাজগী করিগুম্বা রায়েল চৈরাক হায়বা অমদি ইশোয় শোয়দনা

লাকখিনি খল্লি। মহু কাওবদদি মনা মনিন থোক্কনা লৈখিসি।" হায়না হায়রম্মী। মহুদা তাথোইস্ত্র—"কগনি ওঝাবু" হায়না অহুম খুমখি।

মসিদা মৈবু ক্ষিনা খুমহুনা থম্বা য়াদবগুম, অয়োনবা রাকমদি খক লোত্তুনা থম্বা য়াদে হায়বহুনি। "চাওথোইনা কদাইদগী, করি হাও নিঙোলনো অমা পুরকতুনা লুহোংগদৌরি" অসুম হায়না কৈরোই লৈকাইগী মীনা চিবোন চিবোন থীনা ঙাংনবা হৌরক্লে। অহুদগীদি অহুম নুমিৎ নিনি ছুম্নিগী মনুংদা রাকমসি লৈবাক মীয়ামদা হেক্তা কোংদোখিরম্মী। মরুওইনা মতমসিদা, চাওথোইগী মমা মপা থানিন অমসুং তোম্বীরৈ অনিসি চাকম থককম খঙলমদে, ইকাই মৈশা লাংলম্মী অহুগা মীরা মীশাস্ত্র য়াম্না তারম্মী।

মতম অসিদা, থৌবালগী পব্লিক হোল অমদা কৈরোই লৈকাই অমদি খুল ময়াম তিন্নরক্লে। মহুদা লাকপা নাহারোল কাংবু কয়ামরুমদি—"হাওবী চানুরা অমসুং চাওথোই অনি অসি, মছা মছা য়ানহুনা লাকমিন্নবা ওইরবদি, ইন্দিয়ান কনষ্টিটিউসন এক্ট ১৯৫৫ ইংগী মতুং ইন্না লুহোংবদা করি অমতা অকায়বা লৈতে।" হায়না চুম্না মহৈ মহৈ পংঙাংদা হেক ঙাংনরকই। মহুদা থোইদোক্লা, মাচন চৎলিবা য়াইতোং খমদোং, অহল লম্মন-শিংনা মরোল অমা "ইপা-ইপু, লাইগুরু হাক্তগী মৈত্রবাক্তা তৌনরকাত্রবা থবকপু কদাইদগী হেক্তা য়াগদগে? মসিদা, নথোইগী ইন্দিয়াগী কন্টিজেকসন এক একরাংগী রাকক্কা করিমতা পুশিল্লকপা

য়ারোই। অদু অদা ঐখোই শুকখঙ খঙদে। করিনো, হৌজিক মতমগী নাহারোলশিং অসি, ওন্থোক্না মনীং মখা তৌনা ঙাংনিংবদা হেক ঙাংবা শায়দনা। মচোংপাক্তি ইনাই নাইত্রদনা।" হায়রনা য়াম্না শাউনা "লুহোংবা য়ারোই, লৈবাক মচাশা!" হায়দুনা চান্নরনা কম্মা হেক্তা থিংলম্মী। অসিদ নত্তনা চাওথোইবু মৈতৈ সমাজদা তিলহল্লোই, ইন্থোক্কনি হায়না লৈবাক মীয়াম তিল্লবদা তন্না হন্না লাউথোক্লকখিরম্মী। অদুগা চানম তাথোইবুসু হাওবী চানুরা অমসুং চাওথোই অনিবু থম্নমগীদমক লৈকাই খুন্না অদুক মতম খরদং চঙনদবা, তিন্ন-তোৎনদবা হায়নসু খন্নরম্মী। অদুদগীদি—

মতাংসিরাইদা, নাহারোল অহল্লোল ওনশিন্নদুনা নাপাক নাপাক ঙানা "করি হায়না লুহোংবা য়ারোই? করিগীদমক তাথোইবু ইন্থোক্কদৌরিবা? কমদৌনা লুহোংবা য়াগদৌরিবা? করম হায়না তাথোইবু ইন্থোক্লোইদৌরিবা?" হায়না হেক্তা অঙম তানদুনা খৎনবা চক্রিগী মওংদা য়াম্না য়েংথিননা য়েৎনরম্মী। মতমদু শুমদাং লৈপুং য়াকানরকপগী মতম তাঞ্জা ওইনা থোক্লম্মী। মসিদা চাংদম্নদুনা য়েংবদা, থানিন, তোম্বীরৈ অমদি হাওবী চানুরা, চাওথোই, মখোইসিনা মতমদুদা লৈকাই খুলগী য়াইতোং খমদোং ওইরিবা অহল-লম্মনশিংদুগী রায়েল চৈরাকপু খল্লুবদা কিরোইদবা করি লৈ? চৈরাক অদুবু লাল্লি হায়গদ্রা? অদুগা অমরোমদা, হৌজিক্কী নারোলশিংগী রাকম্বু তারগা, করি অমুক কিনিংঙাই ওইরিবা? করিদা লাল্লিবা? অদুমকপু লৈবাক সমাজগী করম্বা রায়েল চৈরাক লাকপা, মদু ঙাইদুনা মতম লেনবা নত্তনা

অতৈ অতোপ্পা উপায় অমা কংলমদে। অদুদগী মমৈখংদা নাহা-রোল মখৈ পুল্লপ পূনশিন্দুনা অকনবা, অরেপ্পা লৌচিং অমত ওইনা অস্তুম্মা খন্নরকই মদুদি :— "চৌং-তম পুল্লগা মৈত্রবাক মণিপুর হায়না কৌরিবনি। মসিদা, অমুক চৌং-তম, জাতী বিজাতী খায়দোকপা, অচৌ-পীশক নাইবা অমদি চৌংমীশিংবু য়ায় হন্নবা জাতীনি হায়না খনবা, মসি রাখলসি শুকয়া য়ারোই ঐখোই পুন্নমক ইমা অমতগী মচানি, ইচিন ইন্নাও ওাক্তনি অস্তুম হায়না খল্লগদবনি।" অদুদগী হাওবী চানুরা অমস্তুং চাওখোই অনিসি মৈত্রবাক সমাজগী চৎনবীদা অদুম শোয়দনা লুহোংব য়াননবগী মরিদা পাশ তৌখোকখ্রবা ইন্দিয়ান কনষ্টিটিউসন এক্ট ১৯৫৫ ইংগী মতুং ইননা হায়নরকই, মদুদি :— শোক্ল-পন্নবা য়াদবা অশেং অমাংগী রাকম করি অমতা লৈবা য়ারোই, জাতী বিজাতী খায়বা য়ারোই অমস্তুং চৌংতম চারৌ মৌরৌনবদা করিগুম্বা অথিংবা অমদি অয়েৎপা লম্বী অমতা পীরোইদবনি. হায়বনচিংবা।

মসিদা করিগুম্বা হায়রিবা ইন্দিয়ান কনষ্টিটিউসন এক্ট অসিগী রাংমদা অথিংবা অমস্তুং অয়েৎপা পীরক্লবদি, মখোই অদু লুপা ৫০/৫০ (য়াংখৈ) জরিমনা তৌগনি। অদুগা মতম মিয়াৎ থা৩/৩গা জেল পীগনি, হায়বা রাকম কয়ামরুম য়াওরি। মরম অদুনা লৈখ্রবা ইন্দিয়ান কনষ্টিটিউসন এক্ট অসিগী মতুং ইননা ঐখোই নাহারোলনা পায়খৎকম থোকপা থবক পুন্নমক শোয়দনা পায়খৎপা তাই, হায়না হায়রকপদা, লুহোংবা য়ারোই,

ইস্থোকনি, তিনন-তোংনরোই অমস্থুং চঙন-খোংনরোই হায়না য়াম্না ইচঙ থৌনা হায়রম্বা লৈকাই-খুলগী অহল-লম্মন, য়াইতোং খমদোংশিংছু মতম্নগা থেংজিল্লকপগা — "কাননরয়েইদৌমাল্লে, ঐখোইগী ইরাসি চংকনি হায়বা থাজরক্তে ; মতমসি নাহা-রোনগী যুগ (মতম) অমা ওইনা লাক্লে।" হায়না রাখল তৌন-রক্লহুনা তুমিন তুমিননা অছুম অমা চংখি, অনি চংখি তৌহুনা ভাইহাক্তদা মাঙনখিরম্মী।

থাংগৈ শেংনা মাসি, মচিন চংলম্বা য়াইতোং খমদোং অহল-লম্মনশিংছুগী মথৌনা পুম্নমক অছু মতমগী মতুং ইননা শেম্নকইবা ইন্দিয়ান কনষ্টিটিউসন এক্ট ১৯৫৫ ইংগীদা অখাকপা লৈতনা তেংবাংলম্বছুম ওইনা থোকখিরম্মী হায়না লৌবা তাই। অছুদগী লৈহৌরিবা নাহারোল মখৈছুনা হেক থংনবা মথংগী নুমিত্তা ইন্দিয়ান কনষ্টিটিউসন এক্ট ১৯৫৫ইংগী মতুংইননা মছা মছা য়ানহুনা লাকমিননরিবা হাওবী চানুরা অমস্থুং চাওথোই অনিবু শোয়দনা লূহোংগদবনি হায়না চপ চানা অকনবা রারেপ তানখিরম্মী।

মতৌ অস্থুম তৌনা নুমিৎ অছুগী মতম্না থেংজিললক্লবদা, হাওবী চানুরা অমস্থুং চাওথোই অনিগী মরমদা অমদি চানম তাথোইগী রাফমস্থ য়াওনা অরুবা রা খননবগীদমক লৈকাই, খুলগী মীয়াম তিননবছু লোইশিনখিরম্মী। অছুদগীদি অছুম মহৈ মহৈ মযুমদা হননরসি হায়নহুনা হননখিরম্মী। অছুগা খঙনিংবদগী থোইদোক্লা খৌরাংনা অমরোমদা থানিন, তোম্বীবৈ

অমস্থুং হাওবী চানুরা, চাওথোই অমদি তাথোই মখোই মখৈনা অমা করি থোক্লগদৌরিবা, হায়না অরাবগী রাখল ওইনা য়াম্না মপূক্লিং খোয়রাং-নুংনাংনজরি !

---

অরোইবা

# পন্দুপ ৯শুবা

হাওবী চানুরা অমস্থুং চাওথোই অনিগী লুহোং নুমিৎনি। হায়রিবা লুহোংগদৌরিবসি নিপা ময়ুমদনি ; হায়বদি থানিন অমস্থুং তোম্বীরৈগী য়ুমদনি। অদুগা লৈকাই অমস্থুং লম্না "থৌবাল হঞ্জবম লৈকাই হায়না লৈবাক খ্বাইনা খঙনবদুনি।" নুমিৎ অসিদা, লুহোংবগীদমক বার্তোন ফংবিবা কৈরোই লৈকাইগী অহল লম্মন, নুপী অভাং অদুগা অতৈ অতোপ্পা মরুপ মপাং ওকিসারনচিংবা কয়ামরুমস্থু অদুম মতম চানা লাকপীহুনা লৈতেংগী মশক ওইনা চোন্না তিনবিরম্মী।

লুহোংবগী পুংক্ষম য়ৌশিল্লক্লে। মৈত্রবাক সমাজগী পারী পুরীগী চৎনবী মতুংইন্না হাওবী চানুরা অমস্থুং চাওথোই [বর-কন্যা] অনিমক লুহোংফান্দা ফমল্লে। মতমসিদা, হাওবী চানুরা হায়বসি মহাক্কী হান্নগী শেৎলম-ইল্লম্বা হাওফিশিংদু লোইনা হাংদোক্লগা চপ চানা লুহোংবগী ফিশেৎ লৈতেং ওল্লবনি। য়ুবদা মতাংসি, মীয়ামদুগী পুক্লিংদা থোইদোক্লা অনৌবা অঙকপা

লাংওন অমা ওইনা য়াম্না নুংশি নুংওন্নরম্মী। মতম অসিদা, চাওখোইগী মপা থানিম্না হাওবী চানুরাবু হেক উবদা, লোইবী সাইবোম চীশাংগী মতিক মগুণ চাউরবা খোংজাই নিংথৌ চোহাং অমসুং মহাক্কী চীং-লেম্নবী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিগী মমোম নুংশি হাওবী চানুরা হায়বীহুনি। অদুগা মহাকসি লোইবী সাইবোম চীংশাংগী অপগ্রেডেড গার্লস জে, বি, স্কুলগী মতিক চারবী হেড মিষ্ট্রেসনি হায়না য়ুম্না শকখঙলক্লে। অদুগা তোম্বীরৈনসু হাওবী চানুরাবু হেক উবদা, মতম অমদা লোইবী সাইবোম চীংজাওদগী লাক্কুনা থৌবাল গার্লস হায়স্কুলদা ক্লাস থি্রদগী ক্লাস এইট ফাওবা তমজখিবী অমসুং মহাক্না ছাত্রী ওইরিঙৈগী মপুন্সিদা য়াম্না সোসিয়েবল ওইরম্বী অদুগা হিল ট্রাইভেল্স গার্লসশিংগী মরক্তা ইতত্তনা স্কোলার্সিপ [বৃত্তি] ফংখিবী হাওবী চানুরা কৌবীহুনি হায়না তশেং তশেংনা নিংশিংলক্লে। অদুগা হাওবী চানুরানসু মতমসিদা, থানিনবু পূকচেল চাউরবা মণিপুর এডমিনিষ্ট্রেসনগী ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস (ইষ্ট) নি। অদুগা তোম্বীরৈ-বুনা থৌবাল গার্লস হায়স্কুলগী থোক্দোক্না য়াম্না মীনুংশি খঙলবী হেড মিষ্ট্রেসনি হায়না নিংথিনা শেংনা খঙজরকখি। অদুগা মতমসিদা চাওথোইগী মচন নুপী মেমচাগসু হাওবী চানুরাগা ক্লাস অমতদা তম্মিন্নরকপী ওইরম্লে। মরম অদুনা হাওবী চানুরা অমদি মেমচা অনিসি মহৌশাগুম্না য়াম্না হর.ও হরাও, নুংশি নুংওন্ননা মিৎয়েং লৌনজরম্মী।

অসুম্না মতম কুইনগী তুংদা, থোক্লরিবা থৌদোক্কী মতাং-সিদা, তোম্বীরৈ, হাওবী চানুরা অমদি মেমচা নিংশিং ঈপাল

লাংনজখিরম্মী। অদুগা য়াম্না হরাও নুংঙাইবগী অমহিকসুং থোইদোক্না নুংশিনবা থম্মোয়গী পিরাং ঈরাস্থ তরং তরং শিন্থন-রকখি। খল্লুবদা, অমম্বগী মশক ওইরবা অরাবা অমসুং অকীবগী মমি তারম্বদু নুমিৎ অসিদা, ইখঙ খঙহৌদনা নুংঙাইরবা থৌজালগী ঈথক ঈপোম ওইরবা শেংলবা মঙাল অমনা লংনা হেক ঙাম্থোকপীরক্তুনা কোকথোকপীখিবগা মান্নবোই নিংলম্মী।

মতৌ অস্নুম তৌনা নুমিৎসিদা, মৈত্রবাক মনিপুরগী ওইবা থাঙ্গৈশেংবা ফিদম্নিংঙাই খুভমগী রাংথ্রবা, অনৌবা থাক্কী তাই-বংবান অমা ওইথোক্লম্মী। মসিবু রারবা মতমদা মপুগী নুংশি খুদোল ওইবা থৌজালগী ঈচেল লৈতে করম হায়সিগে? হায়ঙম্লোই।

অসিগুম্বা তাঞ্জসিদা, মতিক মগুণ চাওরবা লোইবী সাই-বোম চীংশাংগী খোংজাই নিংথৌ চোহাং অমসুং মহাক্কী চীং-লেম্নবী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী অনিস্থ মমোম নুংশি হাওবী চান্নরাগা অনিগী নৌনা পুন্সি খোংদারকপগী লুহোংবা য়াওগনি হায়না মনাই মশল নিফু য়াংখৈমুক্কা লোয়ননা হেক লাক্লম্মী। অদুদগী খুদক্তুদা পূকচেল চাওরবা ইনস্পেক্টর ওফ স্কুলস থানিন অমসুং মীনুংশি খঙলবী হেড মিষ্ট্রেস তোম্বীরৈ অনিনা "য়াম্না নুংঙাইজরে, ঙসি সাইবোম নিংথৌ অমদি খুল্লাকপীনচিংবা মরুপ মপাং ময়াম লেঙবিরকপা, লেঙশিনবিসি।" হায়না তরাম তরাম কৌশিন্দুনা ফজনা লেম্না ইকাইখুম্নবা উৎখিরম্মী। মসিদা সাইবোম নিংথৌ চোহাং অমসুং মহাক্কী রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপী

অনিমক থোইদোক্না হৈরাও মথোই কানা পেঞ্জরম্মী। 'অতুগা য়াওরক্লিবা অতৈ মনাই মশলশিংচুস্থু য়াম্না অঙকপগা লোয়ননা, হৈরাও-নুংঙাইবগী ইরাং মথেম অমা ওইবা মতৌ ফোংদোকচরম্মী।

অতুদগী মতাং অসিরাইদগী হৌনা চৎনবী মৈতৈ সমাজগী হৌনবী মতুংইন্না হাওবী চানুরানা লৈ কোয়বা হৌরক্লে। ময়ামগী মিৎয়েংদা, হাওবী চানুরাগী তান-মেনগা লোয়ননা থাংলকপা খোঙথাং, থোইদোকপা অশোয় অঙাম য়াওরকপা করিমতা উন-রমদে। য়াম্না নিংথিনা, চীং-লেম্না হৈথোই-শিংথোইবী অমা ওইনচুম চঙখোন্না উরম্মী। মরমদি মসি, হাওবী চানুরাগী ছাত্রী ওইরিঙৈগী মপুন্সিদা চহি তরুক তরেৎ চুপ্না মমান্নবী মৈতৈ লৈশাবী মচাশিংগা মরু ওইনা তিন্ন-তোৎনরকপা অতুগা করি করিগুম্বদা, লুহোংবা কয়াস্থু চত্তুনা উরকখিবা অতুদগী ওইরমগনি খন্নে। অতুদগী লৈ অম্বুম কোয়রিঙৈদা মখাগী ছৈরেং রাহৈ ওইবা খরসিনা নুমিত্তুগী হাওবী চানুরা অমস্থুং চাওখোই [বর-কন্যা] অনিগী লুহোংবগী ইশৈ পরেং অমা ওইনা মপুন্সি য়াইফ-নুংশাংনবা হায়চুনা অঙৈংবা খোঞ্জেন্না তপ্না নুংশিনা শক্লকখি। ইশৈ অসি হেক শক্লকপদা, তিল্লিবা মীয়াম পুন্নমক অতু মমিত্তগী পিরাং শিন্থনখিবা খঙহৌদে। শকখিবা ইশৈ অতুদি অসিনি।

## ইশৈ

পীনবিয়ু পুন্সি 'তোল্লোম্না য়াইফবা
নিজরি মপুগী নোংদম থৌজাল।

চীং-তম অমতা ওইবগী মিৎয়েংদা
ঙসি মৈত্রবাক সমাজদা উরিবা,
ননাই অনিগী মপোক লাংওন,
নুংশি-নুংওনগী ঈচেন্দা তুংইন্নরিবা।

ইশৈসি শকপা হেক লোইরকপদা, হাওবী চানুরানা লৈ কোয়বস্তু অহুম মতমহুদা লোইরম্মী। অহুদগী অঙৌবা লৈরাং কুন্দো পরেং অনিশক্ত চাওথোইগী মঙকশমদা নিংথিনা হুক্লম্মী। অহুগা চাওথোইনা পরেং অমা অমুক খুদক্তুদা মহাক্কী মঙকশমদগী হুক্রোক্লগা হাওবী চানুরাদা তপ্পা লৈহুক ফজনা হুকচিনবিরম্মী; মসিনা তাকপদি, মথংশিংনা হাওবী চানুরাগী থরায় হকচাং অমসুং পুন্সি চাওথোইদা কথোকচরে হায়বনি। অহুগা চাওথোইনসু হাওবী চানুরাবু মহাক্কী পুন্সিগী খোঙলোই ওইগনি উৎপনি। মতাং অসি ফাওবা তিল্লিবা মীয়াম পূন্নমক মমিত্তগী পিরাং শিন্থনরি। মরমদি থোক্লিবা থৌদোক্কী মতাং অসি, য়াম্না পূক্নিং নুংশি-নুংওনবগী মতাং অমা ওইবনা, করিগুম্বা নোক্লিংঙাইসু লৈখিদে।

মতম অসিদা লোইবী সাইবোম চীংজাওগী খোংজাই নিংথৌ চোহাং হৌগৎলক্তুনা য়াম্না মথন্নায় নুংঙাইজবগা লোয়ননা হায়রকই ঃ—"পূকচেল চাউরবা ইনস্পেক্টর সাহেব! অমদি মীনুংশি চাউরবী হেড মিষ্ট্রেস! ঙসি, ইমোম নুংশি হাওবী চানুরাগী অওং অউন্দি লোইবী সাইবোম নিংথৌ ঐগী মণি থোক্লিবা, আ সাইদে চীংখোঙ মক্তদা হেক লেপ্তুনা য়েংখিবদা, তাম্না খা-নোংচুপ থংবদা

উথিবা, অরাংবা চীংমায় পাম্লৌ নাপোমদু ওইনা তম্মীরে। মসি চাউরাক্লা মাইল্ মখাইমুক্কী পাক-চাউবা ওইগনি। হায়রিবা চীংমায় পাম্লৌ অসিদা, নিংথিরবা তাওজিং-হৈরাং রাওনা পাল্লিবা ফজরবা শীঙেল লৈরাংনা থন্না শাৎলিবা, থোইদোক্লা হৈনম লৈনম নুংশিবা, মলয়ানা থৌগল ওইরিবা, য়েংবদা পুক্লিং শুমহৎ-নবগী মশক ওইরবা, "নুংশি-নুংওন নাপোম, সাইবোম চীংমায়" হায়না কোলোই মিংলেনবু থোনথ্রবা অরাংবা চীংমায় পাম্লৌনি।

অদুগা ইরেংই লাবা অমোম তরা তরা অমসুং শমোক লাবা অমোম তরা তরাগসু ইচা ইমাক অনিগী শরুক খাইবিরে, হায়না হায়রকই। মদুদা ইনস্পেক্টর থানিন অমসুং হেড মিষ্ট্রেস তোম্বীরৈ অনিনা "য়াম্না নুংঙাইজরে, লোইবী সাইবোম চীংজাওগী নিংথৌ খুল্লাকপী! ঙসিদগী হৌনা নুংশিরবা নচা নমাক অনিগী পুন্সি য়াইফ-নুংশাংবা মপুদা নিজসিকো।" হায়না য়াম্না হরাও তয়াম্না পিরাং পিরোইনবগা লোয়ননা মপুক্লিং নুংশি-নুংওন্না হায়রকই। অদুগা মতমসিদা, তিল্লিবা কৈরোই লৈকাই অমসুং অতৈ মরুপ মপাং, লৈবাক সমাজগী মীয়াম্নসু থোক্লিবা থৌদোক অসি, পোইরৈ মৈত্রবাক মণিপুরগী খক ওইথোকখিদ্রবা, অঙকপা লাংওন অমনি হায়না খন্নখি অমসুং মপুক্লিং য়াম্না নুংশি-নুংওন্নখি। অদুদগী অরোইবদা, রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপীনা অসুম্না হায়রকই :—

"পুম্নমকসি মপুগী য়াইফ-থৌজাল্লি
খোইয়ুমগী নোংদম-খোম্না ওইখিবনি,
নৌহৌনা মখোক কারকপা পুন্সিগী

কোরৌ নোংলেন নুমিৎ অমদা,
থোদোক্নী ইহুল ঋতু পীখিবা
লোইবী সাইবোম চীংমায় নাপোমদা।

অদুনা ননাই অনিনা য়াম্না থরায় হকচাং য়াওনা মপুন্সিগী শিন্থা ওইনা নৌনা শেমগৎ-শাগৎপগী থবক, থৌরম পরেং খরদং মপুং ফানা নোমদুনা পাওথোকচবা ঙম্বা, মপুগী থৌজাল পীনবিবা ওইসনু অদুগা মহুবু ইরৈবাক ইজাতীগী মীপুম খুদিংমক্না অপাম্বগা লোয়ননা, তুংগী ফিদমফম ওইরগদবা মায়কৈরোমদা শেংনা খঙন-উনবিরকপা, তানবিরকপা অমসুং নিংথিনা, চুম্না ঙাংন-শোন্নবি-রকপা ওইগ্রসনু। মসিদং মপুদ্রা নিজরি।" হায়নসু মখুৎ অনি লোন্নদুনা তাইবংপান মপুদা থম্মায় য়াম্না শেংনা মমিত্তা পিরাং চেন্না হায়জখিরম্মী।

মতাং অসি য়ৌশিল্লক্লবদা, থোইদোক্না য়াম্না হৈ-শিংলবা অরাংফমগী মী কাংবু মখৈনা, মখোইগী মথৌদাং অমা ওইনা নিংথিনা মচু তানা, ফজ-ফজনা লাকোই-তাঙ্গথক্তা অমসুং দোনা-নুংদা লূনা নান্না হাপ্লগা শেম-শাদুনা থমজরবা, মখল মখেল কয়া-মরুমগী পানা, কবোক, হৈ-রা অমদি দখিনানচিংবা পূন্নমক্তু মরাং কায়না য়েম্থোকপা নংহৌরোইদ্রা হায়বগী মতাগুম, লাকপীরিবা ভাবক ঙম্নমক্তা চিথ-নাম্বদনা থুংননবা, মহৈ মহৈ য়াঙনা ঙম্বমখৈ মথরায় য়াওনা নোমজেল হেক চেন্নদুনা ঙাইহাক্তদা অদুম য়েম্থোক্লম্মী। মদুদা লুহোংবগী ভাবকশিংদুনসু করিমতা অরাৎ-অপা হায়নিংঙাই লৈতনা য়াম্না মনীংথুংনা পেন্নবিরম্মী অমসু

অরাংক্ষমগী মীশিংহুবুস্থ য়াম্না থাগৎপীরম্মী। অহুদগী হৌনবী মতুংইন্না চীং অমস্থুং তমগী মঙাই-মশেল, হায়বদি ইনস্পেক্টর থানিনগা সাইবোম নিংথৌ চোহাংগা অমা অহুগা হেড মিষ্ট্রেস তোম্বীরৈগা রাণী মোলাং হাওবী খুল্লাকপীগা অমা। অস্তুন্না মরি অসি, নুপাগা নুপাগা অমদি নুপীগা নুপীগা কোন্নহুনা, "ঙসিদগী ঙাই-শেল ওইনরবনিকো" হায়না মপুক্লিং শেংনা, হরাও-নুংশিনা শকখঙ-মায়খঙনখ্রে। অসিগুম্বা থৌদোক লাংওন মতাসি লাক-পদা, থোইদোক হেন্দোক্লা ভাবকশিংহুগী মমিত্তা খঙহৌদনা অমুক্কা নৌহৌনা নুংঙাইবগী ঈচেল অমস্থু চেল্লকপা ওইনা উবা ফংলম্মী।

মতৌ অস্তুন্না নুমিৎসিদা, পোইরৈ মৈত্রবাক সমাজদা করি-গুম্বদস্থু ওইথোকখিদ্রিবা, চীং অমস্থুং তমগী ওইবা শক্তমদা হাওবী চানুরা অমদি চাওথোই অনিগী লুহোংবা ফজনা মহৈ য়ানখি।

ওইখরে ঙসিদি চীং-তম অমতা
পোইরৈ মণিপুর সনা লৈবাকসে,
ঋতু তরুক্কী ঈচেন্না থৌগল্লিবী,
নিংথিরবী ভারতকী নোংপোক লৈকোল।

লাক্লনি হান্নদগী চাওখৎপা থাকমা
পূকচেল লিংজেল মান্নবগী লম্বীদা,
হরাও নুংশি চেৎনা খুৎশম্নহুনা,
শোয়দনা নোংমদি মীপুম খুদিংমক।

---

লোইরবা।

# ৱাহৈ থরদং চুমথোকচবা

| লামায় | পরেং | অরানবা | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| ২১ | ১৮ | সহৌশা | মহৌশা |
| ২৫ | ১৬ | ইমা | ইপা |
| ২৮ | ১২ | হল্লকপদা | ইল্লকপগা |
| ২৮ | ১৩ | পাম্লৌ | পাম্লৌদা |
| ৩৬ | ৬ | থবক | থাক |
| ৩৯ | ৫ | তাকখিবা | তাকখিবী |
| ৪৯ | ৮ | থোংহু দগী | থোংহুগী |
| ৫০ | ১৪ | ইচাশি | ইচাশিং |
| ৫৯ | ৫ | সাইবী | লোইবী |
| ৫৯ | ১৬ | অনিগ | অনিগী |
| ৬০ | ২ | শীংজথবী | শীংজনথবী |
| ৬১ | ১৭ | পামেল্লজৈ | পাউমেল্লজৈ |
| ৬৫ | ৫ | মপাগী | মপুগী |
| ৬৬ | ১১ | তমগী | চীং তমগী |
| ৬৬ | ১৬ | ৱারীনৈ | ৱারীনৈ অমসু |
| ৬৭ | ৮ | অসিদগী | অসিগী |
| ৭২ | ১৭ | হায়বসি | হায়বীসি |



